# অদুঙৈগী সুর

(ইং ১৯৭০ দগী ১৯৮১ ফাওবদা)

ইখিবা ঈশৈশিং

বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্মা

**ADUNGEIGEE SUR** Lyrical Poems in Manipuri
Composed by: B. Jayantakumar Sharma
Published by: Smt. Bachaspatimayum Ongbi Manishangbi Devi,
Brahmapur Nahabam Imphal.

| | |
|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | : আগষ্ট ২০০৮ |
| কোপী মশীং | : ৫০০ |
| ফোঙজবী | : শ্রীমতি বাচস্পতিময়ুম ওংবী মণিশংবী দেবী |
| মমল | : ৯৫ |
| মখুম | : শ্রী সুধিব নাউরোইবম |

*হক পূম্নমক অইবগীনি*

নম্ফম :-
সুক্রতা প্রিন্টিং ৱার্ক্স
পোলোগ্রাউণ্ড রোড, ইম্ফাল

মণিপুরী মতম ঈশৈবু
নুংশিবীবশিংগী মফমদা

# ৱাহৌদোক

ঐনা পুথোকচবা অহুম শুবা ঈশৈ ময়েক্কী লাইরিক 'অদুঙৈগী সুর' ঙসি ময়ামগী মফমদা লাম্থোকচরি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ঈশৈশিং অসি ইং ১৯৭০ দগী ১৯৮১ চহী তরা লোমগী মনুংদা লেংখিবা, ইখিবা ঙাক্তনি। তোঙান তোঙানবা হীরমদা ইবা ঈশৈশিং কাঙলুপ কাঙলুপ ওইনা পূনশিল্লগা থমজরি। খায়দোক্লিবা হীরমশিংদি :- লৈবাক্লীংবা, লাইশোন, মহৌশাবু শৈথাবা, ঋতু শৈথাবা, মঙাল/আশা ফোঙদোকপা, ঈনাৎ-ইচু, পুন্সি শৈথাবা, নীংশিংবা, নুংশি-নুংওননচিংবা খরা অসিনি।

ঈশৈ ময়েকসু শৈরেংনি; সুর পাল্লগা খোঞ্জেল ফবা কলাকারশিংনা শকপা, মদু তারগা নুংঙাইবা, নুংশিবা মহাও (রস) না তাবীরিবা ভাবুকশিংনা ফংবা; মসিনি ঈশৈ ময়েক অমদি ঈশৈগী পান্দম। অদুনা ঈশৈ ময়েক্তি ঈশৈ ওইনা শক্লগা তাননবনি; ঈশৈ ওইনা শকপা য়ানবা সুর পানগনি। সুর পানবদা চঙবা মচাকশিং- স্থায়ী, অন্তরা, তাল ছন্দনচিংবা য়াওবা, পরেং ১৪/১৫ দা মপুঙ ফাবা শৈরেং ওইবা তাই; মসিনি ঈশৈ শৈরেংগী তঙাইফদনা চঙলিবা মগুণ। অদুবু হায়রিবা গুণশিং অসি লৈরবা ঈশৈ ময়েকশিংদু সুরকার, কলাকারশিংনা সুব পানবিবা শকপিবা ঙাইদুনা লৈবা, মতম অসিগদি চান্নরক্তে। মরমদি ঈশৈ ময়েকসু সাহিত্যগী মচল অমনি। শৈরেংদা য়াওবিবা সিমিলি, মেতাফোর, এল্লিটরেশন, রাইম, রিদম, দিকশননচিংবগী ফজবশিং অদু ঈশৈ ময়েক্তসু য়াওরল্লোই হায়নীংঙাই লৈতে। অদুনা ঈশৈ ময়েক্কী ফজবশিং, মগুণশিং ঙাইহাক্তং তাবনদি ফাহৌবা ঙমগনি থাজদে। অদুগুম্না ঈশৈ ময়েকশিংদু পূনশিল্লগা লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্লবদি খন্নরমদবা, লোত্তুনা লৈরম্বা ফজবশিংদু খন্ন-নৈনরকপা য়াগনি, লোয়ননা করি ৱাৎলিবা, কবি হেল্লিবা হায়বদুসু কূপ্না পাদুনা থিননবগী খুদোংচাবা লৈরগনি। মদুদনি সাহিত্যগী মচাক থোক্লক্কদৌরিবা। রেডিওদা তারিবা, কেসেট্টা লৈরিবা, ফিল্মদা শক্লিবা মতম ঈশৈশিংগী মনুংদা মগুণ লৈবা ফজবা, সাহিত্যগী মচাক চেনবা ঈশৈ কয়ামুক য়াওবি; অদুবু ঈশৈ ময়েকশিংদু লাইরিক ওইনা ফোঙদবনীনা সাহিত্যগী মীফমশিংদা-সেমিনারদা, সিম্পোজিয়মচিংবদা পুথোক্তুনা খন্ন-নৈনবগী খুদোংচাবা ৱানা থোকই; কবিগুম্না তঙাইফদবা মতাং লাক্লগনা কেসেট, রেকোর্ডিংনচিংবা তারগা য়াম্না ৱানা ইথোব--খোত্তোক্তুনা হোৎনৈ। থেংনাবিবা অৱাবা, অৱাৎপশিং অসি কোক্লবা লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপগী তঙাইফদবা লৈ খঙ্গদুনা ঐগী অহুমশুবা ঈশৈ ময়েক্কী লাইরিক 'অদুঙৈগী সুর' হায়বসি ফোঙদোকচর্বনি।

নৌনা পুথোকচরিবা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ঈশৈশিংগী অয়াম্বদি মণিপুরী মতম ঈশৈগী শক্লাইরবা কলাকারশিংনা রেডিওদা, ফিল্মদা, কেসেট রেকোর্ডিংদা অমদি অতৈ অতৈ ঈশৈগী থৌরম্মচিংবদা শকপিশ্লে। মখোয়শিংদুদি : রূপরাগ, সঙ্গীত মন্দল, কলচরেল ট্রেইনীং ইনষ্টিট্যুটকী কলাকারশিং, সর্ব্বশ্রী লাইশ্রম বীরেন্দ্রকুমার সিংহ, থৌদাম সিংহজিৎ সিংহ, থিয়াম চাউবা সিংহ, বি. বিদ্যাপতি শর্ম্মা, নিংথৌজম নবচন্দ্র, অহৈবম বুদ্ধচন্দ্র, খুন জয়কুমার, এস. তিজেন্দ্র, স্বর্গীয় নোংমাইথেম পাহাড়ী সিংহ, সর্ব্বশ্রীমতি রাজকুমারী সনাতোম্বী (নিংথৌখোং সনাতোম্বী) দেবী, ব্লাই. বিলাসিনী দেবী, নান্দেবম সুশীলা দেবী, অরাম্বম যমুনা দেবী, এস. মেম্মা দেবী, অশেম বিমলা দেবী, লাইশ্রম মেম্মা, চোংথাম ওংবী কমলা দেবী, স্বর্গীয় তম্ফামনি দেবীনচিংবনি। কলাকারশিংবু ঐনা ঙমখৈ নৈতনা থাগৎচরি। মখোয়গী নুংশিবা সুর অমদি খোঞ্জেলনা ঈশৈ ময়েকশিং অসিগী থব্রায় হাপ্লিখি। মখোয়গী মফমদা শিংঙম্লরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরে।

লাইরিক অসি অহানবা টাইপিং লোইবগা শ্রীকোঞ্জেংবম হেমচন্দ্র সিংহনা প্রুফ পাবিবগা লোয়ননা ফজনা পুথোক্লবগী মতাংদা থব্রায় য়াওনা তাথোক-তাশিন তৌবিরকপগীদমক্তসু ঐনা মরুপ্পু হন্না হন্না থাগৎচরি। রাইটর্স ফোরম ইম্ফালগী মরুপশিং-সর্ব্ব শ্রী কৈশাম প্রিয়োকুমার সিংহ, ব্লাই যুগেশ্বর, সমরেন্দ্র, ডা. এন. তোম্বী, ব্রজেশ্বরনচিংবনা লাইরিক্কী মমিং অমদি মখুমগী মতাংদা খন্ন-নৈনবিখি; লোয়ননা সজ্জেসন কয়া পীবিরকখি; শ্রীসুধির নাউরোইবনা মখুম য়েকপিদুনা তেংবাংবিরকখি। মরূপশিংবু ঐনা হন্না হন্না থাগৎচরি।

অরোইবদা লাইরিক নম্বা অমদি পুথোকপদা থব্রায় হকচাং য়াওনা হোৎনবিখিবা সুচেতা প্রিন্টিং ব্রার্ক্স, পোলো গ্রাউণ্ড মনীংগী প্রোপ্রাইটর শ্রী ক্ষেত্রিময়ুম বিমল সিংহ অমদি প্রেসকী ষ্টাফশিং অমদি লাইরিক্কী মখুম য়েকপদা থব্রায় হকচাং য়াওনা হোৎনবিখিবা শ্রী সুধির নাউরোইবম্বু ঐনা থম্মোয় শেংনা থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্মা
ব্রহ্মপুর নহাবম, ইম্ফাল

ইম্ফাল
২৮ আগষ্ট ২০০৭ ইং

# য়াওফম

৬৩. ঐখোয় নোংমদি ঙম্মি লাকশিনবা
৬৪. ঙসিদি লীররো চিন্নদনা কেনখ্রবী
৬৫. ব্রাহৈগা শাজংকা খাইনরে
৬৬. খোইরুম  মোনমোন চীনবান্দগী
৬৭. লোক্তাক পাৎকী হিহোনবী
৬৮. শিন্নাই তবেৎ মাঙদা থানা
৬৯. খুয়োন ঙৌবী শোয়দা
৭০. হে পূক্লিং শকউ ঈশৈ রাগদা
৭১. নুংশিবনীদা চেঙহী মনমদো
৭২. নখোয়বু করিগুম্বদা
৭৩. লমন  তোঞ্জরি
৭৪. নুমিৎ থাজ থব্রান মৈবা
৭৫. নুংশিরবা ঐগী লৈকোন্দা
৭৬. ঈচেল ঈবোঙ নাইবা য়াই
৭৭. ধর্ম্ম তোঙানসনু জাতি খেন্নসনু
৭৮. লাউনে ঐগী ইতুং ইল্লোলাউ লাউনে
৭৯. পুন্সি ব্রারী চেনাসিদা
৮০. ঐবু পুবি কঙাওনবা হিনা
৮১. শুমহৎলিনে থব্রায়সিবু
৮২. কৌবি ঐবু তাম্ন-তাম
৮৩. কৎচবস্লে অবোইবা পিবাং
৮৪. পুন্সিবু চম্মা খঞ্জদে
৮৫.  ঙসি অসি মফমসিদা
৮৬. কবি লৈবগেনে অদোম ব্রাংমদো
৮৭.  ঐনা শিবগা ঐবু নীংশিংদুনা
৮৮. পুন্সি ঙকইকো নঙসে
৮৯. ঐসে ঙসিসু লম্মুক্রবি
৯০. ঐনা কবি ঈশৈ শকখিনি
৯১. লৈ শাৎলিবা মফমদুদা
৯২. পঙনা পাল্লি তাইবংপানসে
৯৩. ঐবু ঙসি শাৎলো হাযনু
৯৪. ঐগী মঙলান হিরেনগী হীবোয
৯৫. চুমথাং মচু তরেৎনা
৯৬. ঙসি ঐ চৎলম্নগে
৯৭. কপখিবগী মমলসু ফংখিদরে
৯৮. চীংনুংগী হারি খোংলক্নে তাও
৯৯. কাউরুরবা ঈশৈ নীংশিংদুনা
১০০. য়াইফ-খোইবা ওইয়ু ঐগী হে লমলানবা
১০১. নঙগী শক্তম য়েল্কি চেদা
১০২. নীংশিংবীয়ু ঐবু নোংমতা ওইর'সু
১০৩. ঐগী ঈশৈগী সুরবু
১০৪. লৎনবিনু লৎনবিনু
১০৫.  মাঙ্গ'ই মকানা তাম্বনে
১০৬. নঙসু ঐগী ব্রাখন্দা
১০৭. কৎচরস্লে অবোইবা পিরাং
১০৮. লৈনা নোং ওইনা চুরবা
১০৯.  নঙদি অযেকপা শক্তম্মি
১১০.  পোম্বী চেক্লা অনীনা
১১১.  ঐগী নুংশিবসু নঙনি
১১২.  থব্রাযগী মবেম্মা
১১৩.  নঙনা হাযখিবা ব্রাহৈগী মবম
১১৪.  ওইবিযু নঙনা চেক্লা নোংইন
১১৫.  থাদোকপিনুকো নতুং ইঞ্জবিবীনি
১১৬.  ঐগী যুম অসে হাঙহৌবে
১১৭.  তানিংদে ওকচনে লৌনম্বা খোইমুও
১১৮.  লাইনক অসুক থাগনি
১১৯.  পি শিন্থবগতবু
১২০.  মাঞ্জ নঙবু তাববা
১২১.  হাযনবদাই নুমিৎলৈদি নুমিত্তা ওর্নাশিল্লি
১২২.  নুংশি কাইহৌবী নঙবুনে
১২৩.  ঐবু অমুক্তা কৌবম্মু
১২৪.  নুংশি চবোং চুম্বী
১২৫.  ইতা, মাঞ্জ কাদা চৎলনি
১২৬.  নুজা নুংশি নুংঙোল লমদম
১২৭.  চৎলসিনে ঐখোয অনী
১২৮.  নঙবু লাক্লো ঐগী যুমদা
১২৯.  অতিযাদা খল্লিবা
১৩০.  চৎখিনু কৈদৌবগে
১৩১.  অপরাজীতা লৈখোঙদা ঐদি
১৩২.  মপোক অসে ইঙেল্লৈগবু চাংদম্নবসিবা

# নমোমশিং ঙসি ঙম্না য়াহৌরে

নমোমশিং ঙসি ঙম্না য়াহৌরে
কপ্লগনুনে ইমা কপ্লগনুনে।
পোরৈ চনু ঙসি মীকপ থোক্লে
কপ্লগনুনে ইমা কপ্লগনুনে।।

তুমদুনা লৈবা ব্রাখল য়াকায়রে
নুজাগী থৌদাং মশক খঙজরে
নিংঙাইদনা লৈরবোই
নুংশুক-নুংজান্নররোই।।
চহী কুমজা কয়া চূপ্না
য়াঙ্গ থারবা লিনগুম ময়াই চম্না
লোইদাম থাজ কয়া কুইনা
লৈখাতার' মীগুম পঙথদুনা
অনম-অহা চুররোই
ব্রাখলর লম্মাংনররোই।।
য়েলহৌঙৈগী পারী পূন্বা
কাউজদে ঐখোয়
পোইরৈ নুজাশিংগী মিংচৎ
ঙাকচরি ঐখোয়
নুংশিরবী পলেম নঙগী
মতীক চাবী নমোম
ওইজগে ইমা

ইম্ফাল, ১৯৭০ ইং

# নখোয়গী কোলোয় মিংচৎনা

নখোয়গী কোলোয় মিংচৎনা
যৈরি খোন্থাং থম্মোয় খুদিং
ঙসি মীপুম খুদিং কপ্লি ।।

পলেম কয়া মচা কায়নখ্রবী
কৌদুনা কপখি নখোযবু পাথৌ
'পারী ইবুংঙো লাকও' হায়না
কংলা কৌব্র লোক্তাক শেল্লোই
ফোংদোকপদি ঙমদ, থোইনা
থনুংদা ওকচাক্লাখ;
মৈচাক অদু ঙসিসু ফাওরি ।।

চহী কুমজা য়ামখৈরবসু
পাথৌ শক্তম কাউদ্রবি
মৈনা ঈশিংনা চামদুনা
নীংশিং মমি মুত্তরি
ঙসি থম্মোয় খুদিং য়েক্লি ।।

ইম্ফাল আগষ্ট: ৯, ১৯৭৪ ইং

## নুপী ওইবী নঙগী মপোক মহয় য়াল্লে

নুপী ওইবী নঙগী মপোক মহয় য়াল্লে
তাইনং পূম্বা ঙসি নঙগী নঙাল উরে।।

লৈরোল খাদা কুমজা কয়া চুপ্পা থম্লুই
মম্ল' পুন্সি ঈনুংবুঙদা থৱায় হিংলুই
নঙগী মীৎলু ঈচেল খক্ত তুরেল ওইরুই
নঙদি ইমা, মতম কুইনা মৈশা লাংলুই।।

অখাঙ কনবী পৃথ্বী ওইনা নঙনা লেপখি
ফিজঙনুংদা মপোক কয়া ৱানা লেনখি
ঙসি নঙগী নৌর' মপোক লাংঙোন লাক্লে
পিবাংলক্তা ইমা, নহাক মোমোন নোক্লে।।

ইম্ফাল মার্চ: ২৯, ১৯৭৬ ইং

# লোইবী চীংমায়দা কোক্তা কোকথোং পুদুনা

লোইবী চীংমায়দা কোক্তা কোকথোং পুদুনা
নমদা পারী পোদুনা
কালেন মৈশা মরক্তা
চৎহৌই ইমা, চৎহৌই ইমা ।।

চাদবনা য়াঙ্গংলবী থক্তবনা খৌগংলবী
পিদোল্লবী ইমাদো মদোম চীংশাং লালহৌই ।।

চীংদা হৌবা তলা পামেল
ইমাদা উরুম পীরো লাউ।
চীংশাং কোয়বা নামিবা
ঙাইখো লেপখো কৈদৌগে
চরৈ ফিবু ওইদুনা
ইমাগী হুমাং তৈথোকপিয়ু ।।

মাবু কৈদৌঙৈ লাইর-অনং কোক্লনি
ইমা, লৈবাক্লেগী মতৌগুম থৌনা লৈবিদো
চৎহৌই মদোম চৎহৌই মদোম ।।

ইম্ফাল , ১৯৭৭ ইং

# চীং অসি লাল্লগা

নুপা - চীং অসি লাল্লগা
করি লম্বু য়ৌগনি ?
খুল অসি লাল্লগা
করি লম্বু য়ৌগনি ॥

নুপী - মেল্লৈ চরোং শাৎপা
তল্লা পামেল হৌরম্মি
থাংপোক মচা মচা
তুম্পক তুম্পক লৈরম্মি
ইপা ইপুনা লৈরম্বা
নুংওন লমদম কৌইদো ॥

নুপা - মিপাল তাংদনা হিংলম্বা
থৌনা ফবা পাথৌশিং
অচুম্বদা শিবা কিদবা
লৈরম্মী মীরোল অমা
হায়নখিবা ঙাক্লা চৎপা ॥

ইম্ফাল , ১৯৭৭ ইং

# জয় জন্মভূমি মঙ্গল

জয় জন্মভূমি মঙ্গল-।
জয় জননী জয় ভারত ইমা
য়াইফ মঙ্গল পীনরিবী
খুরমজরি ইমা।।

চীংজাওগী লৃহুপ থোনবী
তুরেন্না খাউওন্নবী
সমুদ্রনা খুয়াবু চাম্লিবী
চীংলোন্না শম্লাং ওইবী
ফৌনানা ফীজোন্নবী
চেক্লাশিংনা নগুণবু শক্লিবী
হন্না হন্না পোকচদুনা ইমা
নঙগী সেবা হন্না ফংজগে।
মপোক মপোক খুদিংমক্তা ইমা
নঙগী নচা ওইবা ফংজগে।
পীবিয়ু থৌজাল , থৌজাল হৈরবী ইমা ।।

নুংশিবা খোঞ্জেন্না য়াকায়হল্লে ভারত থৰায়
কিরোই করিমত্তা অৰা নোংলৈ পূন্বা
ঙম্লি নঙগীদমক খাঙবা
পীবিয়ু থৌনা, থৌনা লৈরবী ইমা।।

ইম্ফাল জানু: ১৮ , ১৯৭৯ ইং

# নুংশিবা থিবদা চৎলুরে কোয়না

নুংশিবা থিবদা চৎলুরে কোয়না
পামজবা থিবদা চৎলুরে কোয়না
ইমা ইরৈবাক লৈরমদরে নঙগুম্বী
নঙগুম্না নুংশি খঙবী
অতাঙবনি মালেমদা ।।

করি শুমহৎয়াইনো ইমা নঙনা পুরিবা
খঙঙমদ্রবা মায়ানি;
ইমা নঙবু শেম্লকঙৈ উফুল মরীক-মরীক্তা
নুংশিবগী লাইজবু থীক্লা চাইথিবরা!
করি মনুংশিনো ইমা নঙনা ওইবিবা
খঙঙমদ্রবা নগুণনি।
চীংবু য়েংলে মনুংশি
তম্বু য়েংলে মনুংশি
উপাল ৱাপাল লৌবুক লমহাঙ
করিদা মনীংথিজনো!
নঙগী হায়বা পূম্নমক্তা
নুংশিবা মহাও হাপ্লিবা ।।

ইম্ফাল , ১৯৭৯ ইং

# মৈল্লে চরোং শাৎহৌবা

- মৈল্লে চরোং শাৎহৌবা চীংনুং তাম্না খোংহৌবা
পোইরৈদুগী মমিংদি সনা লৈবাক মণিপুর।
- তময়া হানৌ মরক্তা কাওরেল শজিক চাহৌবা
লমদমদুগী কোলোয়দি সনা লৈবাক মণিপুর।।

- চীংবু য়েংল' মৱাত্তা তম্বু য়েংল' মনোপ্তা
চীংয়া তময়া চূনজ পারী পলেম মতৌনি।

- থক্ত' য়েংল' মফজ খাদ য়েংল' মপেঞ্জ
মালেম 'তিয়া পূন্নজ ষনবী-ষনাও মতৌনি।

- ফৌগৈ চোন্না খিলহৌবী মুক্তা লীক্লাং শিহৌবী
লমদমদুগী কোলোয়দি সনা লৈবাক মণিপুর।।

- মুর' লৈচিল শল্লাংখা উরোক পরেং পাইখিবা

- থাজ কোরৌ মঙান্নাই ঈংনা মেঙনা থোকহৌবা
কোরৌ মঙাল মুৎলমদাই নোংজাবীনা কপহৌবা!

- পলেম নুংশি ঈরানা থম্মোয় পারে পেন্দবী
পোইরৈদুগী মমিংদি সনা লৈবাক মণিপুর।।

**ইম্ফাল নবেম্বর: ১৬, ১৯৮০ ইং**

# কনানো নমিত্তা পী শিন্থরিবা লাউ

কনানো নমিত্তা পী শিন্থরিবা লাউ
হরি মন্দিরগী থোঙ হাংলে।

অমাং-অশেংগী খূরবা মীৎয়েংনা
য়ৌঙমদ্রবা পূণ্য ধামনি
অতোল - অতাগী মীৎকি পিনা
চামথোক্লবা মন্দিরনি।।

নঙবু কৌরি লাইবক থীরবা
মীনা হঙ্গোইনরবা
দীননাথগী খূয়া খাদা
নোল্লু নকোক চরণ খাদা
হরিনা নঙবু ঙাইরি লাউ।।

ইম্ফাল , ১৯৭০ ইং

# রাম নাম শোল্লু রাম নাম

রাম নাম শোল্লু রাম নাম
অৱা-অনং কোকপিবা ঙম্বা
অকি-অখং মাঙহনবা ঙম্বা
শোল্লু পূক্লিং রাম নাম ॥

লৈরাংগুম থোৎলবা মখোঙ থম্বালবু
তত্তনা নীংশিংউ পূক্লিং
থাজগুম ঈংলবা মায়থোংলকাবু
নীংশিংউ কাউগনু পূক্লিং
ঙান্না মল্লবা তাইবঙসিদা
পুন্সি হিনাও শাবনি ॥

মমল নাইদ্রবা মণিনি
অমাঙ-অতা লৈত্রবনি
খোইথুন্নরবা রাম নাম ...

তুলসিদাসগী মপু
থৌজাল হৈবা মহাক্লি
তাইবঙ ঈপাক লানবিবা ঙম্বা
শোল্লু পূক্লিং বাম নাম ॥

ইম্ফাল , ১৯৭০ ইং

# নিধুবন্দা বৃন্দবন্দা হোলি শান্নৈ

নিধুবন্দা বৃন্দবন্দা
হোলি শান্নৈ রাধা শ্যামনা।
প্রেম লীলা মপুঙ ফারে
ঙসি ব্রজ ভূমিসিদা॥

গোপীশিংনা থৌগল ফংজৈ
মপোক মহয় য়াল্লে খঞ্জে।
আবির খূবাম খূবাম পায়না
রাধা শ্যামদা থৌগল তৌজৈ॥

ঙাংলে পূমঙাং শংলে পূমশং
ইনৌ নৌরে য়েংঙু খূদিং
নিল্লে পূমনিল হৌরে ইরাং
ব্রজ মণ্ডল হোংলে ফিজোল॥

রাধা শ্যামগী যুগল রূপ্পু
দর্শন ফংজৈ গোপীশিংনা
হোলি লীলা মপুঙ ফারে
পিচকারি তোয়না কাপ্লে॥

ইম্ফাল, ১৯৭০ ইং

# ঙাল্লরে ঙাল্লরে নদিয়াগী থা

ঙাল্লরে ঙাল্লরে নদিয়াগী থা
পাপীশিংবু লানবিবা ভক্তশিংবু কনবিবা
ঙাল্লরে ঙাল্লরে নদিয়াগী থা ।।

পূর্ণিমাগী থাজনা মালেম শীন্না ঙানবদা
মীওইপোক্তা পোক্লরে গৌরাঙ্গবু ওইররে
ঙাল্লরে ঙাল্লরে নদিয়াগী থা ।।

লম্বী লম্বী চত্তুনা নাম প্রচার তৌররে
গৌরচন্দ্র প্রভুনা ।
রাধা নামদা লুপ্তুনা অঙাওবগী পান্দমগুম্না
প্রেম লমন শিংলরে লৈমায়থক্তা ওল্লরে
ঙাল্লরে ঙাল্লরে নদিয়াগী থা ।।

ইম্ফাল , ১৯৭০ ইং

## ঙসি বসন্তদা নবদ্বীপসে

ঙসি বসন্তদা নবদ্বীপসে
নীংথিরে ফজরে তনৌ তনৌরে ।।

পামেলনা তনৌ য়েন্নিংনা তঙাং
অনৌবা বৃন্দাবন ওইররোই নীংদুনা
কোকিলসু খোংলে ব্রাহোংসু নোয়রে
শুমহৎলে পৃক্লিং ইনৌ-নৌহল্লে ।।

উরুবদা সুরধূনী নীংশিংলক্লে জাহ্নবী
তারুরে লৈনম উরক্লে কুঞ্জ
খোইমুনা লৈকাদা ঙংবদো তারগা
নীংশিংলে ব্রজ গোপীগী ঈশৈ ।।

ইম্ফাল , ১৯৭২ ইং

## মপু নঙগী কোলোয় মিংলেন

মপু নঙগী কোলোয় মিংলেন
শোনবৈ পেনবা নাইদে;
অরোন-অফোং নতীক -নগুণ
খঙবˈই লোইবা নাইদে॥

নঙদি লোইনা খঙলিবনি
লোইনা উরি তারিবনি
মীনম্বগী ব্রাংমনি।
নঙদি লোইনা য়াওরিবনি
লোইনা শীনবা থুংলিবনি
য়ৌঙমদবˈই ব্রাংমনি।
থক্ত ঙানবা কোরৌ মঙাল
নঙগী নঙাল মরীক্লি॥

মন্দির মসজিদ চঙলুরে
চঙলুই গীর্জা বৌদ্ধ লাইশঙ
মনুংদগী থোরক্লে
মনুং মপাল তুনা ফাওবা
নঙদি লৈথক-লৈখা খোল্লি
ঙম্বরনে ফাজিনবা !
থক্ত ঙানবা থব্রান মিচাক
নঙগী মীৎয়েং 'মত্তনি॥

ইম্ফাল , ১৯৭২ ইং

## তাইবং লীক্লেং লংশুং ওইবা

তাইবং লীক্লেং লংশুং ওইবা
খুরুমজরি শকউদবা।
পোকপা শিবা থোঙশঙলিবা
খুরমজরি শক্লাইদবা।।

খোইমু খোন্দান্নবা খোয়থুম্লবা সুরগী
থম্বাল শক্তান্নবা শুক্ষংলবা শক্তমগী
হৌফম লোইফম ওইরিবা
পুন্সি ঈশৈ ঐগী চীনবান্দা
ননীংতম্না শকপিরিবা
খুরুমজরি শকখঙদবা।।

নোংহৌ মউ লিংনা অমম অঙান শেল্লিবা
মালেম লৈশেমদুনা অচৎ-চত্ত পোক্লিবা
নঙনা কূম্মৈ শান্নরিবা।
নঙগী কূম্মৈ ঐগী মীৎসিদা ননীংতম্না য়েংবীরিবা
খুরুমজরি শক্লাইদবা

ইম্ফাল জুন: ২৮, ১৯৭৩ ইং

## নমো নমো তুলসি মহারানী

নমো নমো তুলসি মহারানী
খণ্ডজগে অৱাবা লাইবক্তা তন্নরবা
নঙগুম্না সতী ধর্ম্ম কায়হনবিনু ইমা ।।

লৈজদেনে উপায় পাঙ্গল শোল্লবীগী
মীৎলুদগী পিরাং শিন্থজবা নত্তনা
কনা উরক্কৃবদা চণ্ডজগে নঙোন্দা
শোল্লবীনি খঙনা পীনবিয়ু পাঙ্গল
নঙগুম্না অখাঙ - কনবী ওইহনবিয়ু ইমা ।।

তাজরেনে নঙগী শেংলবা নগুণ
ফিদম্নফম ওইবা সতীত্বগী গুণ
লশ্বী লম্মাঙনরবদা লমজিংবিয়ু ঐবু
মন্নবা পুন্সিদা পীনবিয়ু মঙাল
নঙগুম্না ৱাশক চেৎপী ওইহনবিয়ু ইমা ।।

ইম্ফাল , ১৯৭৩ ইং

## নবদ্বীপ্তা শ্রীগৌরঙ্গ প্রভুনা

নবদ্বীপ্তা শ্রীগৌরঙ্গ প্রভুনা
পূনিমা থাজগুম ঙাল্লরে।
ভক্তগী থম্মোয় থম্বাল শাৎকায়রে,
লৈনম্মা মায়কৈ শীল্লক্লে।
প্রেম রসগী ঈচেল ঈহৌরে
থম্মোয় চাংজৌ পারক্লে ॥

অঙৌবা মায়থোংদা অমুবা শল্লাংনা
থম্বালগী লৈকাদা খোইমুগী মপৈগুম
য়েংবদা পূক্লিং হূরেনে॥

ভক্তশিংগী লক্ত সংকীর্ত্তনগী ময়ায়দা
গৌরাঙ্গ প্রভুনা ঙাহ্নোইবীরি
নবদ্বীপকী য়ূমথোঙ খূদিং
চঙলদুনা প্রভুনা
হরিনাম কৃষ্ণ নাম নাম য়েল্লরি॥

**ইম্ফাল , ১৯৭৪ ইং**

## কৃষ্ণ কৃপাতনা লমজিংবীরি

কৃষ্ণ কৃপাতনা লমজিংবীরি
তাইবঙ লম্বী লমতাকপিরি ।।

পঙল' পূক্লিং শোঞ্জৌ কোলোয়
লৈতবনি অতৈ উপায়;
সংসার ঈপাক লানবিনবা
চঙজৌ মাগী খুয়াখাদা ।।

নন্দ'ই মচা অমুবা থাজ
তাইবঙ থৱায় ওইবিরিবা
গোপ গোপী' থৱায় ওইবা
নীংজৌ মাবু লকানুংদা ।।

ইম্ফাল মে: ১৪, ১৯৭৫ ইং

## অমম্ববু ঙালহনবীবা

অমম্ববু ঙালহনবীবা
খঙদববু খঙহনবীবা
ওঝা গুরুবু খুরমজৈ।।

নোংমদোন্দ'ই লাইজ ঈরিক
থীকথবগুম পাম্বীশিংদা
থীকথবীরি পীনবীরি
জ্ঞানগী ঈরিক ঐখোয়দা।।

নাইতোম তরক্লা লম্বী চৎপা
লম্বী লম্মাঙনরবা
মখুৎ থিন্দুনা তাকপিরিবা
লাইগী মশক ওইরবা, ইমা শক্লবা, ইপা শক্লবা
ওঝা গুরুবু খুরুমজৈ।।

মৈরা পায়দুনা চৎপিয়ু নাক্তা
খুজেং পাল্লোইনবিয়ু।
অমম-কিশি লাংগী
কোকহল্লু চমম্লরবা
গুরু কৃপা নত্তনা ফংদে
জ্ঞানগী মঙাল হায়নরি
ঈমীৎ পাঙহনবা ঈনা তাহনবা
ওঝা গুরুবু খুরুমজৈ ।।

ইম্ফাল , ১৯৭৬ ইং

## থব্রানগী মৈরানা অতিয়া মকোয়দা

থব্রানগী মৈরানা অতিয়া মকোয়দা,
ঙাল্লিবা কনাগী মরমগীদমক্লো।
শুমহৎপা লৈনমদা লৈরাংনা শাৎলিবা,
উদবা কনানা পীরকপা ইঙ্গিৎনো॥

নুমিৎনা থোক্লক্লিবা নুংশিৎনা শীৎলক্লিবা,
উপালদা য়েন্নিং হুল্লক্লিবা,
লৈচিলনা পাইরক্লিবা নোংথাংনা কূপ্লক্লিবা,
মালেমদা নোংবু তারক্লিবা,
মগুণ লৈবা কনাগী ঙক্ল' খুৎশেম্লো॥

লৈরাংগী লৈয়োম্মুংদা লৈরিক্লা লোৎলল্লিবা
সমুদ্র ঈরোন্নুংদা চীংজাওনা লৈরল্লিবা
ব্রারকী তয়ালদা মহাওবু হাপ্লমদ্রিবা
অহিংগা নুংথিলগা খেন্নবা থল্লল্লিবা
খুৎশেম হৈবা কনাগী ঙক্ল' খুদোলনো॥

ইম্ফাল, ১৯৭৭ ইং

# তীর্থ হায়বা করি অমুক লৈরি

তীর্থ হায়বা করি অমুক লৈরি
পূক্লিং অপাম্বদুনি তীর্থ।
মন্দির, মসজীদ মপাম্ফোংদগী শক্তম
লৌনম্বনি, মীনম্বনি
পূক্লিং অনীংবদুনি মন্দির।।

থিবা খঙদবদো থিদুনা মতম
মাঙহনগনু হে পূক্লিং
কৌবা তাদ্রবদো কৌদুনা খোঞ্জেল
তাহনগনু খুন্নক্লোইনে
অনকপদা লৈবনি মীরক্তা।।

উবা ফংদবদো উগনি হায়না
থৌরাংলুনু হে পূক্লিং
শক্তম লৈতবদা লাৎলিবা শক্তম
অরেম্বনি ওইদবনি
অহাঙবনি অহাঙবা মাদি।।

ইম্ফাল, ১৯৭৭ ইং

# অতিয়াদা লৈবরা নঙবু

অতিয়াদা লৈববা নঙবু !
ঈরোন্নুংদা লৈবরা নঙবু !
লৈগী লৈনমদা মালং শউমদা
লোৎনা লোৎনা লাকপরা হায়য়ু ।।

যুগ যুগ কয়াদা মুনি ঋষিশিংনা
তপ ধ্যানবু তৌরক্লিবা,
ধ্রুব নারদ প্রহ্লাদনচিংবা
ফংখিদ্রে নঙগী খুয়া থম্বাল
উদবা নঙবু খুরুমজরি ।।

তাইবং মৈহৌরোল পৃথ্বী লৈশেমঙৈদা
নঙবু খঙগে লাক্লরিবা,
জ্ঞান ধ্যান অনীগী পন্থেগী
ৱাংমদা লৈবা শক্তম লাকশিনবা
ঙমদবা নঙবু খুরুমজরি ।।

ইম্ফাল , ১৯৭৭ ইং

## সত্য অবতার জয় জগন্নাথ

সত্য অবতার জয় জগন্নাথ!
লখা কোটি মীওইপোক্কী
হিজাও হিরেন হোল্লিবা
সুমদ্রগী ঈপাক থক্তা
কাওশীং ওইনা তাউরকপা
মহৈ য়াল্লে ফংজরুবা
রাজ ইন্দ্রদ্যুম্ন।।

মনাই ইন্দদ্যুম্নগী মঙলানচান্দ হায়রম্মী,
“ঐদি লৈরে ঈরোন্নুংদা
যুগ কয়া লোত্তুনা
পামেল ওইনা তাউরমগে
লাউ ঐবু লৌরোলাউ
করিগী কাউরে মহারাজ হায়নখিবা মমাংঙৈ”-
মঙফাওনরে মহারাজ মবুংঙোগী খোঙ্গুল লীখরে।।

মূর্ত্তি নির্পন তৌনবা কারিগর থিরক্লে
মীচম শক্লোন লৌদুনা বিশ্বকর্ম লাক্লে
হায়নখিবা নুমিৎশুদা মন্দির থোঙজাও হাংলুরে
কদায় কারিগরদি কদায় দারু মূর্ত্তিদি
অকিবগী শক্তম অমা মূর্ত্তি ওইনা লেপ্লল্লে
লাইবকথীর' ইন্দ্রদ্যুম্ন লৈমায় থক্তা ব্রান্থখরে
করি মতৌ কৌবগে জগৎ মপু জগন্নাথ !
মনাইগী মঙদা লাক্কুনা 'সিনা পেল্লে' হায়রম্মী।।

ইম্ফাল, ১৯৭৮ ইং

# রাম শোল্লু রাম নাম কাউগনু পূক্লিং

রাম শোল্লু, রাম শোল্লু;
রাম নাম কাউগনু পূক্লিং।
থব্রায় হকচাং লূপশিল্লোনে
রাম নাম ঈপাক্লুংদা
রাম নমামৃত
পূক্লিং পেন্না থক্লো।।

অতিয়াসু মানি
লৈরোন খাসু মানি
লাইজ তরঙ ওইরিবা
শকউদবা মানি
শ্যাম বর্ণ ওইবা রাম।।

থৌজাল হৈবা রঘুপতি
নুমিৎকুম্না ঙানবীরিবা
অমম্বা অহিংদা মঙাল মৈরা ওইবা
রাম শোল্লু--।
তুলসিগী মবুংঙো
দশরথ মপারী
তুলসিগী মবুংঙো
থৌজাল হৈবা রাম
শ্যাম বর্ণ ওইবা রাম।।

ইম্ফাল সেপ্তে: ১৯, ১৯৭৮ ইং

## উপায় লৈত্রবশিংগী উপায়

উপায় লৈত্রবশিংগী উপায়
পাঙ্গল লৈত্রবশিংগী পাম্বে
ভজন শকউ হরি শোল্লু পূক্লিং
কিরবা তাইবংদা ননাক্তা লেপ্লিরনি।।

দ্রৌপদীগী ইকায়ববু ঙাকপিখিবা
প্রহলাদবু মৈনুংদগী কনখিবা
গোবর্দ্ধন চীংবু থাঙ্গৎপিদুনা
ব্রজ গোপ-গোপী কনবিখিবা
জয় ওইরি হরিনা
হায়নরি জয় জগদীশ হরে।।

অবতার তরা শাইওন লৌবিদুনা
তাইবঙ লীলা শান্নখিবা হরি
মধুর শৃঙ্গার করুণ রৌদ্র
রস মাপলনা তিনবা হরি
জয় ওইরি হরিনা
হায়নরি জয় জগদীশ হরে

ইম্ফাল সেপ্তে: ২৪, ১৯৭৮ ইং

## অমুবা কুচুনা মনুংদা লোৎলি

অমুবা কুচুনা মনুংদা লোৎলি
অঙৌবা কুচুনা মপান্দা ফোঙলি
রাধাগী লমন শিংলিবরা
বৃন্দাবনগী কৃষ্ণদুরা !

হে চৈতন্য, হে গৌরাঙ্গ
প্রেম ভক্তি তশ্বিনবা
পোক্লরিবরা নদিয়াদা ?
য়ুমথোঙ য়ূমথোঙ চঙদুনা
নাম য়েল্লি গৌরাঙ্গনা ।।

সংকীর্ত্তনগী ময়ায়দা প্রভু
অঙাওবগী পান্দমগুম্লে
স্বতিক বিকার তুজুংলক্লে
রাধা ভাবপু নীংশিংলক্লে ।।

গৌরিদাসতা য়েংলক্লে
কৃষ্ণ পীয়ু হায়রক্লে
হন্না হন্না প্রভুনা।
খঙদ্রবরা ইবুংঙো!
রাধাসু নঙনি, কৃষ্ণসু নঙনি
প্রেমগী শাইওন্নিনা নঙদি ।।

ইম্ফাল নবেম্বর: ২৩, ১৯৭৮ ইং

# রাম শোল্লু গোবিন্দ শোল্লু

রাম শোল্লু গোবিন্দ শোল্লু
লৈতাদ্রবা পূক্লিংদা শান্তি ঈরা খীক্লনি ।।

ঈহৌরকপা তুরেলগী অঙাওবা ঈচেলবু
ফাজিল্লি লৈরাই চাংজৌ অনীনা
নোংহৌরকপা লৈচিলগী তথকপা খোঙথাংবু
লেপহল্লি চীংদোল চীংশাং মপৈনা
থৱায় হিরেল হিদোমগী নৌরেল তান্থা ওইরিবা ।।

করিগুম্বা নঙনা তাইবঙ চাংজৌ লাল্লবদা
নপাং য়াওদে ৱারুনু লেপ্লি মহাক নতুংদা
করিগুম্বা নঙনা অৱা-ইরৈ চল্লবদা
কনা লৈতে খল্লুনু লৈরি শকউদবা মা
নাথ হরে হরে ওম হরে
কোলোয় মিংলেন য়াল্লবা
হরি মানা ঙাকপিরি ।।

ইম্ফাল ডিসেম্বর: ৮, ১৯৭৮ ইং

## সত্ত্ব রজ তম গুণনা লৈতেংবা

সত্ত্ব রজ তম গুণনা লৈতেংবা বাল গোপাল,
মণিলক্তা কৌস্তুভগুম ঙাল্লিবা বাল গোপাল।।

গোয়াল বাল কৃষ্ণ শনশেনবা গোপাল,
গোপশিংগা তিন্নবা লেনখি পুন্সি চন্নবা।
খঙদে মাবু ঈশ্বরনি হায়বা।।

তৃনাবর্ত্ত, পূতনা, বকাসুর লানবিবা
যমলার্জ্জুন অনীগী শাপ মুক্তি পীবিবা
মীরন্নেন্দা ঙক্ল'ব্বারী ওইবা।।

নন্দলাল গোপাল ননি মাখন হূরানবা
চন্ন' অঙাংনি খল্লুবা চৈরাক চৈথেং পীরুবা
খঙদে মাবু ঈশ্বরনি হায়বা।।

ইম্ফাল, ১৯৭৮ ইং

## বিশ্ব তাইবঙপান্দা পোকপিররে

বিশ্ব তাইবঙপান্দা পোকপিররে ঙানবীররে
হরাওরো নুংঙাইরো শ্রীচৈতন্য পোক্লরে
শান্তি পাউজেল পুরক্লে ঙসি য়েন্নীং থাসিদা
নৌরবা মীওইব'ই থম্মোয়নুংদা
নুংশিনব'ই ধর্ম্ম শন্দোক্লরে।।

চানবী হৈবগী লংলানা
পুল্লি থম্মোয় অমত্তা ওইনা
লাইরম্লেনগী লৈরাং থম্বাল
লৈশাং তম্লরে তাইবঙপান্দা
হরাওরো নুংঙাইরো শ্রীচৈতন্য পোক্লরে।।

শারবা কালেন লৈমায়বু
কুমগী নোংনা ঈংহল্লি
য়েক্ল-মৈশা লাংহল্লম্বা
থম্মোয় ঈংহন্নবা পোক্লরে
হরাওরো নুংঙাইরো শ্রীচৈতন্য পোক্লরে।।

ইম্ফাল, মার্চ ১৯, ১৯৭৮ ইং

# থৱান লীক্লাং পরেংনা

থৱান লীক্লাং পরেংনা থবাক শীন্না ঙাল্লিবা
নুমিৎ থাগী কুণ্ডোনাইন নাপ্ল ’নীদা থোল্লিবা
নিরাকার ব্রহ্ম খুরুমজৈ ।।

মায়থোংনা অয়ুক্কুম ঙাল্লিবা শন্নাংনা অহিংগুম মল্লিবা
চূমথাং মচু তরেত্তা মোমোন মীনোক উৎলিবা
নিরাকার ব্রহ্ম খুরুমজৈ ।।

উদবা খুৎথেংনা শোকপিরি লৈতেংলি তাইবংবু ’সুম্না
হৈরাংবু ওইনা পাল্লিবা লৈরাংবু ওইনা শাৎলিবা
নিরাকার ব্রহ্ম খুরুমজৈ ।।

অহিংবসু নহাক্লি অশিবসু নহাক্লি
অৱা-নুংঙাই থোঙ্গালদা অহিং নুংথিল শঙলিবা
নিরাকার ব্রহ্ম খুরুমজৈ ।।

ইম্ফাল , ১৯৭৯ ইং

# কোলোয়না করি কৌসিবা

কোলোয়না করি কৌসিবা
মিংলেন্না করম শোনসিবা
মপুনি নঙদি শিদবা
থৱায়গী মরু ওইরিবা ।।

শীনৌ লশিং লৈরাংগুম্না
থোংলমগনি নহাকসে
কৌব্রু লোইবী চীংলেনগুম
ৱাংলমগনি নহাকসে
চীংনুং চাদি চেক্লাগুম
য়াৱা খোঞ্জেল থুন্নমি ।।

কুম্বী কালেন খায়রিবা
খাবা উল্লেন শেল্লিবা
লোইজিং লোইয়া হানৌরক্তা
উরোক্লা নেম নেম পাইরিবা
মপু নঙগী খুংশেমনি
অঙকপনা থনবনি ।।

ইম্ফাল, জুন ১৬: ১৯৮০ ইং

# লাইনীং পৱৈ চেৎননবা

লাইনীং পৱৈ চেৎননবা
থৌজাল লনগুবিরকউ।
হেদো-হেৱাউ য়াকাবুঙ
তাইবঙ খোৱী কৈথেন্দা
লাইনীং লম্বী লম্মুক্লরে
থৌজাল লনগুবিরকউ॥

পন্থৌ ইপা'ই খোয়জিখাদা
কোৱৌ শীংবুম য়াঙ্গোইরকপা
পলেম ইমা'ই শীওম্লুংদা
থাবুম তরা নাউপুরকপা
তরঙ মালং ওইরুরবা
য়াইবী থৱায় অপিশক
চীঙু থৌজাল ফংজখিবা
কাউমন্নসু কাউনরে॥

খঙদে উদে মতাগুম
মীনম্লরে তেংবানবসে
নুংশি লীক্লেং লংশুংদগী
লীক্লু মচোই মচোই কেল্লে
য়াইবীরেলবু থওইদরে
নমু তাইবঙ কৌনীংদরে
চীংঙু থৌজাল ফংজখিবা
কাউমন্নসু কাউনরে॥

ইম্ফাল, জুন ১৭: ১৯৮০ ইং

# মল্লবা ফীজোলসে শেৎলদুনা ঙসি

মল্লবা ফীজোলসে শেৎলদুনা ঙসি,
করম্না লাক্কনি নখুয়া তম্না ।।
মোৎলবা হকচাংসে পুরদুনা ঙসি,
করম্না য়ৌগনি নখুয়া থম্বাল ।।

করিবু লেমহৌরি অহিংগী অমম্বদা,
অহিংগা অয়ুক্কা শিন্নরমদাই মতমদা !
কৌরক্লে লাক্লোবা অরোইবা মীকৌনা,
চত্তবসু য়াররোই করম্নবু চৎসিবা!
অরোইবা মীৎকুপকী করিসু লেমহৌদ্রে ।।

মল্লবা য়ূমসে লৈহৌরনি মথন্নতা;
ইঙা নোংজু লাংবন মৈশা খাঙনা।
মালেমগা 'তিয়াগা অনীসিগী লংদাইদা,
চৎখিদৌবা ঙাক্তনি থাদোক্লগা ইরানয়াই।
করিবু পুদুনা লাক্লসিগে ননাক্তা ।।

ইম্ফাল, জুন ১৭: ১৯৮০ ইং

# হে ইমা দূর্গেশ্বরী

হে ইমা দূর্গেশ্বরী মহিশাসুর মরদিনী
খুরুমজরী চণ্ডীকা থৌজাল হৈবী কালিকা।

লানগী মবেম্মনি য়েক্লপূম্বা মাঙহনবী
থৌজাল পীনবীনি থৌজাল ঈপাক ওইরিবী
থম্মোয়নুংগী অকিবসু কোকহল্লিবী ইমানি।।

মায়কৈ তরা ঙাক্লিবী যোগিনী শক্তম লৌরিবী
শান্তি ঈরা লোয়ননা প্রলয় মৈরা পায়রিবী
ভৈরবীগী শক্লোন পুবী মহামায়া ওইবিনি।।
খুরুমজরি চণ্ডীকা থৌজাল হৈবী কালিকা

ইম্ফাল, ওক্তোবর ১০: ১৯৮০ ইং

## হে ইমা ভগবতী দূর্গে

হে ইমা ভগবতী দূর্গে,
চানবী হৈবা উৎপিরম্মু।
নুংঙাই য়াইফ পীবিরম্মু॥

স্বৰ্গগী নন্দন কাননগী
খীকপিরম্মু অমৃত।
ইমাগী নুংশি কোলোয়গী
কাউহনবীনু নমামৃত।
মহাবাক বাণী ওইবী
নয়াথং লেম্না মাঙদবীনি॥

সুর আসুর দেব নর
পূম্নমক্না চঙজরিবী,
মহাশক্তি শালী ওইবী
পাম্বোম তরানা লৈতেংবী,
মহাদেবী দয়ানি
থৌজাল লক্কুবীরম্মু॥

ইম্ফাল, ওক্তোবর ১৪: ১৯৮০ ইং

# ইমা ইমা কালিমায়ী

ইমা ইমা কালিমায়ী
মায়কৈনা ফিজেৎনবী
থাঙশাং খুত্তা পায়বী
খুরুমজরি কালিমায়ী।।

অমুবা কুচুদা অকিবা শকফম্নি
মীকোক পরেংনা থবাক্তা থোনবীনি
ইঙাঙ থকপী লৈনা হা-হা তম্বী
খুরুমজরী কালিমায়ী।।

য়েক্লবা কাঙবুবু লায়না মাঙহল্লি
মৈরীগী মতৌগুম তুম্না চাকথেকপী
লৈথক লৈখানা চীনবান ওইবী
খুরুমজরি কালিমায়ী।।

মোংফমদা কায়দোংবী তম্নলাইগা লোয়নবী
ঈগী ঈপাকপু উরগা পেঞ্জবী
লীন্না খাওন্নবী মীশা পাম্বী
খুরুমজরি কালিমায়ী।।

ইম্ফাল, ওক্তোবর ১২: ১৯৮০ ইং

## রাম রাম রাঘব ত্রেতা যুগকী অবতার

রাম রাম রাঘব ত্রেতা যুগকী অবতার
লাংচরিনে শক্তম মাগী দশরথ মপারী।।

মপা'ই ৱাশক ঙাক্লবা চহী তরামরিবু,
বন্দা চংখি ৱাশক চেংপা রামচন্দ্র।
সীতা হূব'ই ৱাথোকঙৈ ৱাখি কয়াদবু,
কায়ন-মৈশা মৈখু লাংখি রামচন্দ্র।
কোলোয় মিংলেন শোঞ্জদুনা,
অৱা অনা কোকচগে।।
সীতা খোঙ্গুল লীবদা থেংনরুরে জটায়ু;
খঙলে হূখ্রে রাবণনা সতী সীতা।
যুথক চাম পাক্লবা ঈপাক করম লানসিবা,
য়োংগী তেঙ্গোল ফংলুবদা ঙমখি লানবা।
রামগী খুৎনা শোক্লবদা,
তাউখি নূংসু ঈশিংদা।।

অশোক বন্দা লেঞ্জখি সীতা রাজ নন্দিনী;
মমা সীতা'ই ৱাবা উরুই বীর হনুমান।
সতী লঙজ মৈরীনা লঙ্কা তুম্না চাক্লকখি;
লাল্লুরবা নিংথৌ রাবণ অরেম্বদা মাঙখি।
য়েক্লববু মাঙহনবীবা,
খুরুমজরি রাজা রাম।।

ইম্ফাল,জুলাই : ১৯৮১ ইং

## ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌরো পূক্নীং

ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌরো পূক্নীং
হরি মাবু ফংননবা
        লৈতে অতৈ উপায় করি।।

রাম্বু নীংজবী শবরী
পূকচেল শেংবী শবরী
মহাও তংলবা উহৈশিংবু
কৎখি মবুংঙো রামদা
        ধর্ম্মনি কর্ম্মনি
        লৈতে অতৈ উপায় করি।।

লাইরবা ব্রাহ্মণ সুদামা
পূকচেল তিংবা সুদামা
থিরুই মরূপ কৃষ্ণচন্দ্র
শনশেনমিন্নখিবদো
        ধর্ম্মনি কর্ম্মনি
        লৈতে অতৈ উপায় করি।।

অঙাং ওইরিবা প্রহলাদ
হরি ভক্ত প্রহলাদ
ফংখি হরি দর্শনবু
নরসিংহ রূপ্তা
        ধর্ম্মনি কর্ম্মনি
        লৈতে অতৈ উপায় করি।।

ইম্ফাল, জুলাই : ১৯৮২ ইং

## কয়াদা নীংথিজরিবা

কয়াদা নীংথিজরিবা মহৌশাগী খুৎশেমসে
কয়াদা শুমহৎ হৈরিবা নুংশিরবী মালেমসে।।

কুচু হেনবী নুজানা চরৈ নমথাং ইনবগুম,
খুনগী শঞ্জেন্নহানা খুত্তা শাজৈ পায়বগুম,
কয়াদা শুমহৎ হৈরিবা নুংশিরবী মালেমসে।।

মচুগী চূমথাং মরক্তা অশাৎপা লৈরাং নোক্লিয়ে
লৈচিল কাওশিং মপৈনা মালং সুরদা তাউরিয়ে
কয়াদা নীংথিজরিবা মহৌশাগী খুৎশেমসে।।

লৈনম পুবী য়েন্নীংথা অথেল লৈরাং পুরক্লে।
মালং তৌদ্রি তাবদা পূক্লিং হকচাং তনিক্লে
কয়াদা শুমহৎ হৈরিবা নুংশিরবী মালেমসে।।

ইম্ফাল, ১৯৭০ ইং

# অয়ুক্কী ঈংলবা নুংশিৎপু ওকচরি

অয়ুক্কী ঈংলবা নুংশিৎপু ওকচরি
তাইবঙপান 'পুম্বগী য়াইফবা নিজরি।।

অব্রাবা নুংঙাইবা অচৌবা অপীকপা
খেন্নবা লৈতবা ওইহল্লু নহাক্লা;
অশোনবা অকনবা অথীবা ফজবা
তেম্মিয়ু মান্নবা শেম্মিয়ু নীংথিনা
নুংশিবা লৈনম্মা পূক্লিংবু হূসনু
ময়ামগী অফবা নুংঙাইবা ওইসনু।।

হৈরাংনা লৈরাংনা মহয়বু চূমসনু
লোক্নুংদা তুরেন্দা ঈশিংনা চেনসনু
লৌবুক্তা লমহাংদা ঈশঙবু শংসনু
অনকপা অরাপ্পা অরুবা অথেনবা
মপুনা শেম্মিবা খূৎশেমগী তাম্বাদা
নুংশিবা ঈশৈনা মালেমসে নিনসনু।।

ইম্ফাল, জুলাই ২৬: ১৯৭০ ইং

# ঐদি চীক্লবা খুঙ্গংদুদা লৈবীনি

ঐদি চীক্লবা খুঙ্গংদুদা লৈবীনি
ইয়ুম লৈতে ইমিং থোন্দে ঐগী কনা লৈজদে।।

মালংবগা কোয়না তান্না শান্নে লম্পাকথক্তা
হানৌরক্তা পাৎয়াগী তান্নে উচেকশিংগা।
চীংয়া তময়া ফাওনা উমং-ব্রামং লান্না
শান্নে ইদোম ইনিংতম্লা নুঙ্গায়রক্তা কেকুলোৎপী।
নুংশিরবা ইখুল থাদোকচরোইনে।।

চমজরবা খুঞ্জাশিং ঐগী ইরুপ ইপাংনি;
লোইয়ারমগী লৌতাংশঙ ঐগী ইয়ুম ঙাক্তনি।
লোক্কী ঈশিং ঈচেলনা ঐগী য়াব্রা খোঞ্জেলনি;
অতিয়াগী লৈচিলনা ঐগী চরৈ নমখাংনি।
নুংশিরবা ইখুল থাদোকচরোইনে।।

ইম্ফাল, জুলাই ৩১: ১৯৭০ ইং

# ঙসি ঐহাক খুল অমা হোংলদুনা

ঙসি ঐহাক খুল অমা হোংলদুনা
চৎপা তারি চীংলোন অমা লাল্লদুনা।।

মফম অদু নীংথিখরে তায় মীনা ঙাংনবা,
চহী চূপ্পা হৈনা চরোং চুম্না পাল্লি।
থাশীং নাইদা লৈনা লৈকা ফন্না শাৎলি।
খুঞ্জ্য নুপী নুপাশিং অহল নহা খায়না
মীওইবগী চৎনরোল ঙাক্লরিবা মফমদুদা,
ঐহাক ঙসি চৎলবনি, চৎলবনি।।

থানা চীংয়া পক্লা নেম্না নেম্না থোকই;
নুমিৎনা নোংদোন পক্লা ৱাংনা ৱাংনা ঙাল্লি।
চীংলোন্না ঈশৈ শকই লোক্লা তানবু থারি।
খুঞ্জা ইচীল -ইনাওগী নুংশিরবা চীনবান্দা
মীওইবগী ৱাহৈ খোনফম কাউনদ্রিবা মফমদুদা
ঐহাক ঙসি চৎলবনি, চৎলবনি।।

ইম্ফাল,জুলাই ২৭: ১৯৭০ ইং

## অনকপগী লৈকোন্দগী লৈরাং হেক্লুসি

অনকপগী লৈকোন্দগী লৈরাং হেক্লুসি
পূক্লিং তাবা লৈরাং খন্না খন্না হেক্লুসি ।।

সনারৈ শিঙ্গরৈ লৈরাং পেক্রক্লে
চিগোংলে তখেল্লে শিংঙেল থাবল্লে
লৈখল শুনা, লৈচন শুনা শাৎলি লাউ ।।

মল্ল মল্ল লৈনুংশি লৈরাং ইঙেল্লে
ইঙেল থা লোইরবসু লৈমন চনখিরোই।
হাইনা হুম্না শাৎলিবী লৈরাং থারিকথা
শংলেন থম্মারক্তা লৈশাৎ তম্লিবী
লৈখল শুনা লৈচন শুনা শাৎলি লাউ ।।

ইম্ফাল,নবেম্বর: ১৯৭০ ইং

## হো তাদ শঞ্জেন্নহা

হো তাদ শঞ্জেন্নহা, নঙগী তৌদ্রি খোংলো,
খুঞ্জা চনু'ই পূক্লিং হূনা খোংলো।।

লোইজিং লোইয়া চীংয়া তময়া হেনৌনরে;
হানৌনা লেংলেং, ফৌনানা ৱায় ৱায়, জগোয় শারে।
শনগী শল্লুপ তূমিন তূমিন শজিক চারি;
খুঞ্জা নুপা নুপী পূন্না লৌরাং শূরি।।

খুঞ্জা চনু ঈশিং শোকপা লাক্লগনি;
পায়মা নুংওনহনবা নুজা পূকচেল থৌবা
লোইয়ারমগী শৈহেক খুল্লং ঈশৈ শৈশক
খোংলো খোংলো নঙগী তৌদ্রি; পূক্লিং হুরো।

ইম্ফাল,মে ৭: ১৯৭১ ইং

# কোরৌগী মণ্ডাল চাইথরক্লে

কোরৌগী মণ্ডাল চাইথরক্লে
চীংয়া তময়াদা
ফজব'ই পান্দম লৈতরে।।

অহিং কৌবীগী অমুবা শন্নাং
শন্দোক্লে তপ্পা উরুম ৱারুমদা।
মালংনা শেংলে অমমবা লৈমায়
অহিং লাইরেম্বী লেঙশিন্নবা।।

চৎলসি চান্নবী মল্লবী পৃথ্বী
মীনিল মীখোল হুন্দোক্লল্লো।
লৌবুক লমহাংদা য়াচঙব'ই কৃম্মৈ
থৱায় তানা য়েংলুরসি।
চেক্লানা চনবা পুন্সিগী পাউখোঙ
উমংনা ফোঙবা তারুরসি।
অৱাবা লৈতে অপুনবা লৈতে
থৱায়দা থৱায় তিনশিনখ্রসি।।

ইম্ফাল,জুন ৪: ১৯৭৭ ইং

# তমগী চেক্লা নঙবু

তমগী চেক্লা নঙবু
চীংগী পোম্বীনা ঙাইরি
চীংগী উহয় চীন্দম্মীন্না
চীংজুম লাইজ ঈথকমিন্না
পাইমিন্নসি পাইরক্লো॥

চীংবু য়েংলে চীংনুংশি
তম্বু য়েংলে তমনুংশি
য়েংমিন্নসি তৃফাং খপ্পা;
চেক্লা নতৌ ওম্থোকপনি
পোম্বী কঙাওনহল্লে॥

চীংদা তোংলে তোংমিন্না
পাত্তা তারে তামিন্না
চেক্লা নতুং ইঞ্জদুনা
লয়না-কোয়না পাইরুসি
পুন্সি য়ারেল্লুরসি॥

ইম্ফাল জানুৱারী: ১৯, ইং ১৯৭৫

# করি উরকপা তম্মোলাউ

করি উরকপা তম্মোলাউ;
মমাংঙৈগী খুঞ্জাশিং অদুম লৈহৌরিবরা
উশাশিংদা খোঙ্গম মেল্লে শাংহৌরিবরা ! ।।

খুঞ্জশিংদো করি করম মিঙ্গৌনহৌরি,
থায়নগী চৎনবী লমচৎ শাজৎ হোংদ্রিবরা ?
লৌবুক্কী ৱারী লীরো লাউ-
ঈফুৎকী ঈশৈ শক্লোলাউ ।।

চীংয়াগী হানৌলক্তা শনবী-শন্নাউ
শল্লুপ শল্লুপ শজীক চাহৌরিবরা;
উথুমগী তাম্থাদা তেনৱা ঈশৈ শকহৌরিবরা ?

চীংয়াগী পুখ্রিদা ঈশিং লৈহৌরিবরা;
খুঞ্জা নুপী-নহাশিং ঈশিং শোকহৌরিবরা!
লৌবুক্কী ৱারী লীরো লাউ
ইফুৎকী ঈশৈ শক্লো লাউ ।।

ইম্ফাল, ১৯৭৯ ইং

## হো ইরিল তুরেল

হো ইরিল তুরেল,
থেক্ল-খোয়না চীংজাও লান্না
নঙনা তাম্না চেল্লকপবু
করি ব্বাবু হায়নীংলিবা ! ।।

চীংগী হৈনম লৈনমলক্তা
পাময়াল্লিবী মাগী ব্বারী,
পাখং লৈশা কাঙলুপ কাঙলুপ
চিবোন চিবোন নুংশি ব্বারী
নঙনা তাম্না পুরকপবু
করি ব্বাবু হায়নীংলিবা ।।

রামজানগী নোংঙাল্লমদাই
থাজ-থব্বান মুৎলমদাই,
মসজীদতগী লাউরকপা
মৌলবীগী আজানগা,
মঙ্গল আর্তিগী শরিক খোনগা
তিন্ন-তিন্ন 'মত্তা ওইনা,
নঙনা তাম্না তাহনববু,
করি ব্বাবু হায়নীংলিবা ।।

ইম্ফাল , ১৯৮০ ইং

# ইমানসু নাউকোল্লক্তে

ইমানসু নাউকোল্লক্তে
ইপানসু নাউয়োক্লক্তে
ঐদি চীংনুং-মান্নুংদা চাউরকপীনি।
নুমিৎলৈগা নোকমিন্নজে
নোংজাবীগা কপমিন্নজে
ঐদি লোইজিং লোইয়াদা শাইদাংবীনি॥

তাল্লবা তময়াদা অয়ুক চূপ্পা শান্নকবা
ঙল্লবা চীংমায়দা শক্তি শঙাই তান্নরুবা
ব্রারবদসু হেক্তা লৌরীথক্তা তূমই
ঐদি লাঙ্গোনবীনবা কনা লৈতে॥

অমস্বা অহিংদা ইমা কৌনা কপ্লীংলকই
ইবুক্লা লাল্লবা ইপা কৌনা তেংথানীংই
নোংঙাল্লগদি হেক্তা শান্নবদা কাউখি
ঐদি লৌবুক লমহাংদা লৈজবীনি॥

ইম্ফাল , ওক্টোবর, ১৯৮০ ইং

# নঙগী লীপুন অঙকপনি হে মহৌশা

নঙগী লীপুন অঙকপনি হে মহৌশা,
অরাপ্পগী চীংশাংগা অরাপ্পগী লৈচিলগা
করি মরী লৈনদুনা থানদে।।

নোংলীক্কা চুমথাঙগা নুংশিৎকা মৈবীগা
লোন্না করি পাউখোংবু চন্নে?
মালেমগা থৱায়গা হিংবগা পুন্সিগা
লোন্না করি ৱারীবু শান্নে?
পোকপগী নুংঙাইবা শিবগী কপ্লিংবা
করি মরী লৈনদুনা থানদে।।

লৈনমগা মালংগা ঈথক্কা ঈপাক্কা
করি খুৎশেম লীপুন্না পুল্লি
চীংজাওগা তুরেলগা তময়াগা হানৌগা
করি লাইৱা লীপুন্না পুল্লি
পিরাংগী অকিবা মীনোক্কী নীংথিবা
করি মরী লৈনদুনা থানদে।।

ইম্ফাল , ওক্টোবর, ১৯৮০ ইং

## ঐগী পূক্নিং মচু শঙখি

ঐগী পূক্নিং মচু শঙখি
ইংঙা নোংজু ৱারীনা।
ঐগী থম্মোয় থোঙ্গাল হাংখি
ইংঙা নোংলাউ ঈশৈনা॥

মঙলাল্লক্তা মঙলান ওই
নোংজুলক্তা নোংথাং ওই,
নুংওন লমগী নুংওন ৱাহৈ
ঈচেল্লক্তা ঈতিন্নখি॥

চহী কায়া কয়াই মতুং
ঙসিসু নোংজু ইংঙা নোংজু,
নোংথাং লৈমা শাইওন লৌনা
থম্োয় নোংজু শৈহৌহল্লো॥

ইম্ফাল, মে: ১১,১৯৭১ ইং

## হৌখ্রবা মতমগী নোংজু ঈশৈ

হৌখ্রবা মতমগী নোংজু ঈশৈ
ঙসিসু তারি ৱাংমদগী
ঈশৈনা ঐগী তূম্বা কায়হল্লি
অথাপ্পা সুরদা থৱায় লূপচরি।।

কনানো লাউনে কুইরবা তুংদা
মপালগী নোংজু ৱারী লীরো
নঙগী নোংজু ঈশৈগী সুরনা
হৌখ্রবা ৱারী নীংশিংহল্লি।।

ঙসিসু শাৎলি ইঙেল লৈরাং
ঙসিসু পাইরি ইঙেল লৈচিল
মতম অমগী ইঙেল থাগী
হৌখ্রবা ৱারী নীংশিংহল্লি।।

ইম্ফাল, ১৯৭১ ইং

# হে লাইরম্লেনগী অশৈব

হে লাইরম্লেনগী অশৈবা,
মৈশা কোক্ল উরুম খাদা॥
লাংবন খোইমু খোন্দান্নবা
ঈশৈ অদু শকপিরক্লো॥

ইদোম ফম্মা তাজরগে॥
হৌরবনি ঙসি কূম্মৈ
লাংবন লীলা ফম্বাকসিদা
পুঙখোল অমা তারক্লেনে
লাংবন নোংদোন লৈচিল্লক্তা
অশৈবা, নঙগী ঈশৈনা
লাংবন মৈশা কোকহনবীরো॥

লৌচি কোয়বা লাক্লিবা
নুংশিরবা খুঞ্জাশিংসে
ঙাইরিবনি নঙগী ঈশৈ
নোংলেন ঈরা ওইবা ঈশৈ
থব্রায় পীবা নঙগী সুর
ঙসি নৌনা তাহনবীরো॥

ইম্ফাল, ১৯৭২ ইং

# ইরাল অমা পীবিখিনে

ইরাল অমা পীবিখিনে
অদুঙৈ লাংবন থাদা।
লৈরাং ওইবা থম্মোয়সিনা
তূমিন খাঙখি মৈচাক অদু।।

শঙলেন উনাই ফীজিংনুংদা
ইদোম তূমিন লেনখি মতম।
মতম মাগী লৈরোন্নুংদা
ঙাইজরকপা লাংবন থানি।
নীংবা কায়রবা মতম্লসু
পুরক্তরে লাংবন খোইমু।।

লক্লরকখি মালংবনা
অশোনবসি উরদুনা।
লাক্লবরা খোয়রাংজরুই
লাংবন খোইমু খোনমেংলবা।।

থম্মোয় পান্দবা মালংবা
খঙলুগনি করম মৈচাক!
লৈরোনখাগী অমস্বদা
তিঞ্জনীংলে মপোক অসে।।

ইম্ফাল সেপ্তেম্বর, ১৯৭২

# ঙসি মালেম ফিজোল হোংলে

ঙসি মালেম ফিজোল হোংলে
ঋতু নিংথৌ বসন্ত লাক্লে;
শৈরেং শৈশক তম্ন-ওকচৈ
য়েন্নীং থা-ও! কৌনা শকচৈ ।।

লৈশি-লৈথোন লৈবাক লৈমা
চরৈ-নমখাং থোন্না ওকচৈ
ঋতু রাজ লেঙশিনবীয়ু।
মায়থোং মোমোন মকালান্না
বসন্তনা খোঙদোইরক্লি ।।

ফাইরেন লৈচিল শল্লাং শননা
য়েন্নীং থাবু থৌগঞ্জরি।
হরাও নোংলিক শিন্থরক্লি;
মীৎয়েং তাল্লি হঙ্গাম মপাল
মচু'ই ঈথক হৌরক্লি ।।

ইম্ফাল ফেব্রু, ইং ১৯৭২

## ঐগী ইঙা, অমুক লাক্লবরা

ঐগী ইঙা, অমুক লাক্লবরা
অমংবা নোংগী কাওশীংলক্তা
নহাক তাউথরক্লবরা ।।

নঙগী ঈশৈদা তিনখিবা সুর
লোইখ্রে খল্লুই পামজবা সুর।
নোংদোল পুঙখোল ঈপোন্নক্তা
মঙফাওনরক্লে থব্বায় সুর ।।

ঐগী শুমাঙদা হারিগী ঈশৈ
খোংজোমনুবী কৌনা শক্লি।
অথাপ্পা চীঙ্গোন্দা ইঙাগী ঈশৈ
ঐবু কৌরি লাক্লো হায়না।
মঙলান যুখলদা শান্নসি লাউ
লোইনাইদ্রবা মশান্নদো।
মপোক লাংঙোনসে লোইরগে অসুম,
চান্নবা ইংঙা নথানুংদা ।।

ইম্ফাল জুন, ইং ১৯৭৮

# হা কোম্বীরৈ পোইরৈ তম্পাক ঙান্নরৈ

হা কোম্বীরৈ !
পোইরৈ তম্পাক ঙান্নরৈ
শিংঙেল লৈচু পানবী লৈ
শাৎলরবোই পোইরৈদা ।।

মালেম মালহৌনরক্লে,
পোইরৈ নৌহৌনরক্লে;
লোইয়া লমদোল পূম্বসু
শংলেন হানৌনা শংলক্লে
থায়ন'ই ব্রারী নীংশিংলকপোই
শাৎলরবোই পোইরৈদা ! ।।

লৈরাং লৈচু মাঙলমদরি,
শিংঙেল লৈশক হোংলমদরি।
পোইরৈ শৈরোল তেংথাবনা
ব্রাঙম কোলোয় শৈশকপনা
মতম চারে কৌরকপদা
শাৎলরবোই পোইরৈদা! ।।

ইম্ফাল, এপ্রিল, ১৯৮০ ইং

## উজরে লোইনা থম্মোয়গী মীৎনা

উজরে লোইনা থম্মোয়গী মীৎনা
মপালগী মিৎম্না পামজদরে।।

খঙইনে খঙই অশোয়বা কয়া
তোল্লবী ঐবু উহন্দ' লোৎলি।
মিহৌদে অতৈ মিহৌজদরে
মপালগী মঙাল থনুংদা ফাওরে।।

পোকঙৈগী উবা ফংদ্রবা তাইবঙ
নহাক্কী থৌজাল অসিরা'সিরা !
উদ্রবা মীত্তা শিন্থুরি পিদি
নহাক্লা থিংবা ঙম্লোইনে'সিদি
অমম্বা মীত্তা অঙানবা পিরাং
কয়াদা থৌজাল হৈরিবা নঙসে।।

ইম্ফাল, মে-১২, ১৯৭০ ইং

# সেবানা ধর্ম্মনি সেবানা কর্ম্মনি

সেবানা ধর্ম্মনি সেবানা কর্ম্মনি
ধর্ম্ম কর্ম্ম অনী পুল্লি
য়াইফ-থোইর' মপোক অসে।।

থৌজাল মশক ওইনা লাক্লি
নুংশি খঙবা কৌবা পূকচেল
থৌনাই মশক ওইনা উৎলি
ঙাকপি হৈবা কৌবা পূকচেল
মরূপ লীপুন নুংশি লীপুন
পুল্লি পুল্লি অমত্তা ওইনা।।

লাক্লো হে লাইবকথীবা লাক্লো,
হাংলি থোঙ্গালসে লোনবা নাইদ্রবা
ঈংনা চীক্লা পোখারো লাউনে
শান্তি পামেল উরুম খাদা
খুৎলাম তোয়না কৌরি নঙবু।
অচান-মীরায় নাইদা লমদা
নুংশি-চান্ন ওকচৈ নঙবু
নীংতম মীৎয়েং লৈকোন্নুংদা
লাক্লো লাক্লো য়াইফ শঙ্গাইনুংদা।।

ইম্ফাল, ১৯৭১ ইং

# মঙাল, মঙাল পীবিরো

মঙাল, মঙাল পীবিরো
অমম্বা কোক্লবা মঙাল ।।

হিংবা ওমদে মঙাল য়াওদ্রবদা
থম্মোয়গী অমম্বা কোক্লবদা
লৌশিংগী মঙাল কোরৌগী মঙাল
অমত্তা ওইনা ঙানবীররো
থম্মোয় থম্মোয়দা ব্রাখলগী থাউমৈ
থানবীররো ঙানবীররো ।।

চিংশিল্লু থম্মোয় মঙালগী মায়কৈদা
মৈরানবীগী মতৌগুম
ঙাওহল্লু থম্মোয় মঙালগী লমদমদা
নুমিৎলৈগী মতৌগুম
মঙান্দা হিংজগে মঙান্দা কেমজগে
পোৎলুম মঙানা তিনবা হকচাং
থম্মোয় থম্মোয়দা ব্রাখলগী থাউমৈ
থানবীররো ঙানবীররো ।।

ইম্ফাল,সেপ্তেম্বর-২৭, ১৯৭১ ইং

# মিনুংশি খঙবা উৎলম্মু

| | | |
|---|---|---|
| নুপা | - | মিনুংশি খঙবা উৎলম্মু |
| | | লৈরাং ওইনা শাৎলম্মু |
| নুপী | - | নুংশি লৈনম য়েল্লম্মু |
| পা-পী | - | থৌজাল লাইজ খীক্লম্মু।। |
| নুপা | - | মীবু মীনা চানবিয়ু, নুংশিয়ু |
| | | ঙাকপিয়ু অশোয়বা কয়া কয়া। |
| নুপী | - | অপীকপা পান্দোং ঈশিং চাইয়ু, লিংউ |
| | | মখোঙ শোমউ, পুন্সি মঙাল পীনৌ। |
| পা-পী | - | মরম লোইনা লৈরিবনি |
| | | তাইবঙসিদা লাকপগী |
| নুপী | - | নুংশি-চান্না হিংমিন্নৌ।। |
| নুপা | - | নুংশিবনা পুনবনি, চান্নবনা হিংবনি; |
| | | থৌজাল কৌবা লীপুন্না |
| | | থম্মোয় থম্মোয় পুনমিন্নৌ। |
| পা-পী | - | পুন্সি কৌবা লৈকংলাদা |
| | | নুংশি লৈপাল থাবম্মু |
| | | তাইবঙ লৈকোল শেল্লম্মু।। |

ইম্ফাল, ১৯৭২ ইং

# ঙসি ঐগী ৱাখল মালংগী

ঙসি ঐগী ৱাখল মালংগী
অৱা লৈচিল হাইদোক্লেনে
চীংদোন্দগী হাইথরকপা সনা মচুগী
নুমিৎ মঙাল য়েররেনে॥

ঐগী লৌবুক লাইবকফবী
লৌরো নৌর' নুমিৎ মঙালসে
নঙগী ফিমন চরৈ নমখাং
হোংলো হোংলো হরাওরোনে॥

মালং শৈহেক লাপ্পা তারি
থম্মোয় পুঙলোন য়েরো য়েরোনে
লাইরম্লেনগী নুংঙাই ঈপোম ফাওররে
অৱা কোক্লা মঙাল চাইথরে॥

ইম্ফাল, ১৯৭১ ইং

# ঐখোয় নোংমদি ঙম্মি লাকশিনবা

ঐখোয় নোংমদি ঙম্মি লাকশিনবা
খুরৌ কয়াসে লম্বী থিংলিবা
ঐখোয়' থম্মোয়দা থম্লি থাজবা
ঐখোয়' পূক্লিংদা লৈতে চিংনবা।।

অমম-অঙানগী লাংদাই অনীদা
উরে নোংজাবী নোংগী মরক্তা
লম্বী শাংসনু চত্ত-মচৎসি।
ঐখোয় থম্মোয়দা থম্লি থাজবা
ঐখোয় পূক্লিংদা লৈতে চিংনবা।।

ঐখোয় অতিয়া লৈরোল খাসিদা
খোঙফম হোংদনা থম্মোয় থুক্তনা
চৎলি থাজবা থম্মা নোল্লুক্লা।
ঐখোয় থম্মোয়দা থম্লি থাজবা
ঐখোয় পূক্লিংদা লৈতে চিংনবা।।

ইম্ফাল, এপ্রিল, ১৯৭৬ ইং

## ঙসিদি লীররো চিন্নদনা কেনখ্রবী

ঙসিদি লীররো চিন্নদনা কেনখ্রবী
লাইবকথীবী লৈরাংদুগী ৱারী।
মহাকসু ঐগুম্না মীৎকি পিরাং কংখিদবী
লাইবকথীবী লৈরাংদুগী ৱারী॥

খামজিল্লগে পিরাং ফাজিল্লগে থম্মোয়
ওইরগে ঐসে লোম্থোক্তবী।
চীংনুং-মান্নুং লোইজিং লোইয়াদা
মদোম পুন্সি লোমখিবী
মহাকসু ঐগুম্না মীৎকি পিরাং কংখিদবী
লাইবকথীবী লৈরাংদুগী ৱারী॥

মদোম নুংহিক্লনা পিরোইনখ্রবী কনা'ই
পুন্সি ৱারীবু তারুরগা,
ইঙেল্লৈগী পুন্সিদি অসুম তৌই হায়দুনা
থেমজিল্লগে ইতোম্মতা।
মহাকসু ঐগুম্না মীৎকি পিরাং কংখিদবী
লাইবকথীবী লৈরাংদুগী ৱারী॥

ইম্ফাল, ১৯৭৯ ইং

## ৱাহৈগা শাজংকা খাইনরে

ৱাহৈগা শাজংকা খাইনরে
পুন্সিগা ফিদমগা কায়নরে
থম্মোয়দা মিনুংশি কংখরে
নুংশিত্তা মৈরী হুল্লক্লে
অচুম্বা কিদুনা লোৎখরে
ৱাখলদা হানৌ চোংদরে।।

মল্ল' পৃথ্বী নতম্বাক
হেদো-নাহে মীকপ-মীরাউ
কংল' তুরেল ঈখোংনুংদা
মৈশা-মৈখু তেংথা-নাওই
ৱাখল্দা লৈরাং কংলে
লৈবাক্লে পাঙ্গল লোইরে
পৃক্লিংদা য়েন্নীং হুন্দরে।।

মীগা মীগা নুংশিনবা
অচুম্ব'ই লৈরাং শাৎলিবা
লমদম অদু পাংলগে
অঙানবা পোইরৈ তল্লগে--।
ঐবু লাঙ্গোনবিরকপী
নুংশিবী ইমা পৃথিবী
লৈহৌরোকো মল্লবী
অঙানবা পোইরৈ তল্লগে।।

ইম্ফাল , ১৯৭৯ ইং

## খোইরুম মোমোন চীনবান্দগী

খোইরুম মোমোন চীনবান্দগী
মীশুম্লবা খোঞ্জেল
তাররোই তাররোই মৈতৈ চনুগী য়াব্রা;
শল্লাং কোইকক্লবী চেংহী শম্বাল লাংবী
উররোই উররোই মৈতৈ চনুগী শক্তম ।।

শিন্নাই তরেং মাঙদা থানা
তওৎ তমং খুত্তা পায়না
শিল্লম খঙনা শিন্থা পাঙনা
শিনশুরম্বী মখোয় লাক্লরোই ।।

পারী নমদা পোনা খ্বাংচেৎ মচি লাংনা
ব্রাকচীং উল্লেন লাংবন মৈশা
খাঙজরম্বী মখোয় উররোই
পারী লাঙ্গোন হৈবী মমোম নাউয়োক ফবী
উররোই উররোই মৈতৈ চনুগী শক্তম ।।

ইম্ফাল , ১৯৭০ ইং

# লোক্তাক পাৎকী হিহোনবী

লোক্তাক পাৎকী হিহোনবী নৌরেল খুত্তা পায়রিবী,
মালং নুংশিৎ খোঙব্রায়রক্লে হোল্লো হি হোল্লো॥

খুনগী চনু লায়রবী লেম্লে ঙাহা তাল্লিবী,
ব্রাংলেন অসি থেঙজিল্লক্লে হোল্লো হি হোল্লো॥

নরানয়ায়দা লৈহৌরিবী পারী নমোম মখোয়দুনা
পলেম নঙবু ঙাইরম্লনি খরাই থোঙ্গাল ব্রাংমদুদা।
নুমিৎনা চীংয়া থাংলে কোরৌনা নারল ব্রায়রে;
নৌরেল তাম্থা তোয়রো হোল্লো হি হোল্লো॥

নীংথিরবা ঈপাকসিদা মালং মায়োক্লরিবী,
লৈত-লাইরা থিদুনা চরা নোংখন্নরিবী,
লোক্তাক পাৎকী ইনিলনা পূক্লিং মচু শঙলিবী,
কৌরৌ মঙাল চায়থরক্লে হোল্লো হি হোল্লো ॥

ইম্ফাল , ১৯৭০ ইং

# শিন্নাই তরেঙ মাঙদা থানা

নুপা - শিন্নাই তরেঙ মাঙদা থানা
শিনশুরব্মী মৈতৈ নুজা,
কৈদনো কৈদনো ॥

নুপী - লৈরিয়ে লৈরিয়ে ঐখোয় ঙম্মা লৈরিয়ে!
নুপা - চীংদা কাদুনা শীংজনবী,
পাত্তা কূমদুনা লোংখোনবী-
নুপী - লৈরিয়ে লৈরিয়ে ঐখোয় ঙম্মা লৈরিয়ে ॥

নুপী - শিন্নাই তরেঙ, শিন্নৌ লশিং
নুজাই লেমজনফমনি।
নুপা - কাউগনু নখোয় মৈতৈ চনু'ই ফিদম।
নুপী - কোক্তা কোকশেৎ, খ্বাংদা খ্বাংশেৎ,
নুজা'ই চাউথোকচফমনি ;
নুপা - কাউগনু নখোয় মৈতৈ নুজা'ই শিনফম ॥

ইম্ফাল , ১৯৭০ ইং

# খুয়োন ঙৌবী শোয়দা

খুয়োন ঙৌবী শোয়দা
হাওবা কোনু থিরুসি;
থমংখোংগী ঈচিন্দা
খম্বা থোইবী ঙাইরুসি ॥

নোংপোক নিংথৌ, পান্থোইবী
তাংখুল শরম নুরাবী,
লুৱাং চনু মতারোই
হাওকু অতাম শোইশেনবা,
লাউ চৎসি লাউ চৎসি;
কৈদা লৈগে য়েংলুসি ॥

নুংজেংপিবা তেলহৈবা
নুমিৎ ময়াম্বুং হাৎখিবা,
নুংবান পোম্বী লুৱাউবা
থোঙারেনবু ঙমখিবা ,
লাউ চৎসি লাউ চৎসি;
কৈদা লৈগে য়েংলুসি ॥

লুবাকুংদা থৃপ্তুনা থম্বীরম্বা কয়া'মা
লৈরি ঙসি লেঙদরি।
শানৌ নহা য়োইহেনবা লৌশিং পাঙ্গল চাউবশা!
লৈরি করি খঞ্জান্না
থিয়ু থিয়ু- লৌশিল্লু ॥

ইম্ফাল সেপ্তে ২৬, ১৯৭৮ ইং

# হে পৃক্লিং শকউ ঈশৈ

| | | |
|---|---|---|
| নুপা-নুপী | - | হে পৃক্লিং শকউ ঈশৈ রাগদা; |
| নুপা | - | রাগনা নিংথৌনি, |
| নুপী | - | রাগিনীনা রানীনি ॥ |
| | | |
| নুপা | - | রাগনা নুমিৎনি |
| | | রাগিনীনা থাজনি; |
| নুপী | - | শ্রুতিনা থৱাননি সপ্তক্লা পৃথিবীনি। |
| পা | - | স্বর বিস্তারগী মালং ইপোমদা |
| পী | - | চৎলি লয়রি লয়গী লীপুন্দা ॥ |
| | | |
| নুপা | - | ছন্দনা ঋতু ওইনা য়াকায়রে; |
| পী | - | রসনা লৈরাং ওইনা শাৎকায়রে। |
| নুপা | - | ঈশৈগী তাইবঙসিদা |
| | | নঙনা রাগিনী, |
| পী | - | নঙনা রাগ; |
| পা-পী | - | লেঙদ্রবা লৈপুন্নি ॥ |

ইম্ফাল , ১৯৭৯ ইং

## নুংশিবনিদা চেঙহী মনমদো

নুংশিবনিদা চেঙহী মনমদো
শংব্রে মনাগী চরোৎ মরাগী
কাউবা য়াদেদা হা! নীংশিংলকইদা।

নোংমা লুখিবনা থাবুম অমা কাউদবা
মনম্না লৈকায় পল্লানখিবা
চেঙহী মনমদো- ।।

অহুম তিল্লে ঙাংনবা
মঙা তিল্লে শোন্নবা,
চাক্তান-ফিদান্নবদা
তবা মচা তিনবদা
থম্মোয় হূবা চেঙহী মনম,
য়েন্সিল, চম্প্রা, পুংফাইগী
কাউবা য়াদেদা হা! নীংশিংলকইদা।।

তখেল্লে নাচোম নঙসু
চেঙহী মনমগা তিন্নখো।
উরৈরোম ফনেক নঙসু
লৈ-ফিদুপকা লোয়নখো।
থম্মোয় হূবা চেঙহী মনম
হৈজাং মনা হৈক্রুগী
কাউবা য়াদেদা হা! নীংশিংলকইদা।।

ইম্ফাল জুলাই ৭, ১৯৭৯ ইং

# নখোয়বু করিগুম্বদা

নুপা - নখোয়বু করিগুম্বদা
তরেঙ তওং তমং উম্ব্রবরা?
হায়যুদা মৈতে নুজা, পোইরৈ চনুরাও।

নুপী - ব্বারীদি তাজরে ইমানা লীবিবা
শিন্নাইফম করম্বা মতমদু'ই ব্বারী
মঙগুম্না থোক্লেদা নচল ঐখোয়দি॥

নুপা - তারোদুদি লীরগে মতমদুগী ব্বারী-
পৃম্রি মপাল, শম্বল ময়া লশিং থারম্মী।
কপত্রেং তকপ'ই মখোল মোইথাপ নাইব'ই মখোল,
পোইরৈ লমদি লমনুংশি পূমনিন নিল্লম্মী।

নুপী - মশানা শূরগা হিংজবা পাম্বা
ব্বারীনি থায়নগী ইমা-ইবেনগী।
মঙগুম্না থোক্লেদা নচল ঐখোয়দি॥

নুপা - লশিং শঙব'ই মৈখুনা নোংদোল অতিয়া,
মমখি পূম্মম মুখি পূম্মু নোংদোল অতিয়া।
লশিং খরুং মশক লশিং খরাই মশক,
অয়েকপা ফাও' উখিদ্রে ঙম্না মাঙখরে॥

ইম্ফাল, ১৯৮০ ইং

# লমন তোঞ্জরি

লমন তোঞ্জরি
তৌবীমল খঙবা উৎচরি।
পূক্লিংগী লৈকোল শেম্বিবা
ব্রাখলগী লৈরাং শাৎহনবা,
নখোয়গী--- ॥

চেক্লাগী খোম্থোক্তসু থব্রায় পালহল্লি;
লৈচিলগী নোংখোংদসু মহাও হাপ্লিরি।
চীংজাওবু মরোল খোকহনবা,
তুরেলবু ব্রা ঙাংহনবীরিবা
লৈচিলবু পাউ চৎহনবীরিবা
পুন্সিবু লৈহাও চেলহনবীরিবা
নখোয়গী লমন তোঞ্জরি॥

নুংশিবা য়েল্লি থম্মোয় খুদিং;
লৈকংলাদা লৈ শাৎহল্লি।
তাইবং মপোক ব্রাংমগী মঙলান
মীওইপোক্তা মঙ ফাওহল্লি।
শাথেক্তা ইপোম হৌহনবা
শৈরোলদা খোইহী চেলহনবা
নখোয়গী লমন তোঞ্জরি॥

ইম্ফাল সেপ্তু: ১০, ইং ১৯৮০

## নুমিৎ থাজ থব্রান মৈরা

নুমিৎ থাজ থব্রান মৈরা
গ্রহ উপগ্রহ
নুংশিনবগী লীপুন্না পুল্লি
অমগা অমগা কায়নদরি ।।

পীক্লবা জীব মচা মচাসু
মাগী মাগী হিংনবা হোৎনৈ।
উরৈনা উপালদা শাৎলি জুম জুম;
তাংজবী উরীনা উপালদা য়েৎলি ।।

তাইবং মীগী লৈকোলসিদদি
কল্লকপা য়েংথিবা খৎনব'ই ইশৌ-
শারে শারে লাঙলে মালেম;
অসিরা নীংথিবা মহৌশা খুৎশেম ।।

থাদোক্লো থিবা নশা নশাগী,
নঙগী নঙগী কাঙলূপকী য়েংবা।
নুংশিবা লৈরাংগুম শাৎলো জুম জুম;
হুঞ্জিল্লো মরু বিশ্ব প্রেমগী ।।

ইম্ফাল সেপ্তে: ২৫, ১৯৭৮ ইং

## নুংশিরবা ঐগী লৈকোন্দা

নুংশিরবা ঐগী লৈকোন্দা
খোইনিংগী খোঞ্জেল তাখিদরে
য়েলহৌঙৈগী লিরবা লৈরাং
লৈরাং মমী তমখিদরে॥

লৈরাংবীসু কৈদা চৎখি
শৈবাংবসু কৈদা লোৎখি
লৈকোলগী মপাউ তাখিদরে
থম্মোয় হীক্লা কপ্লিংলক্লে॥

মতম অমা মফম অসিদা
নুংশিরবা ঈশৈ তারম্মী;
য়ুমগী পোম্বী হরাওরম্মী।
লৈকোল অসিদা অদুঙৈ
মচীল মনাও নুংশিনরম্মী
ইমানা মোমোন নোকচরম্মী॥

ইম্ফাল, ১৯৬৯ ইং

# ঈচেল ঈরোঙ নাইবা য়াই

*ঈচেল ঈরোঙ নাইবা য়াই;*
লমথুংফমদি অমত্তনি।
ধর্ম্ম তোঙান লৈবা য়াই;
পন্থুংফমদি অমত্তনি॥

লাইবাউ পুবা মখোয় পাউ
চেল্লি তাইবঙ তারো লাউ।
চানবী হৈবা লাইগী ব্রা
নুংশি খঙবা থম্মোয় ব্রা
নত্তরনে শন্দোক্লম্বা॥

লম্বী খেন্না চৎলো লাউ
করি কায়বা লৈরি লাউ!
জৈন খৃষ্টান হায়রো লাউ
লান্ন পাম্বে লাইগী পাউ
নত্তরনে তাকপিরম্বা ॥

ইম্ফাল, ১৯৮০ ইং

# ধৰ্ম্ম তোঙানসনু জাতি খেন্নসনু

ধৰ্ম্ম তোঙানসনু জাতি খেন্নসনু;
ঐখোয় অমত্তনি ঐখোয় অপূনবনি।
লৈরাং লৈকোলগীনি লৈশক মখলগীনি
পূন্না শাৎলিবনি পূন্না ঙাল্লিবনি॥

ধৰ্ম্ম থাজবদি খঙই মিনুংশিদি;
লাইশোন তোঙানবদি হেল্লি ফজবদি।
ইমা ঈরমদমগী ঐখোয় হিংলিবনি;
করি মান্নদনি ঐখোয় মীওইবনি॥

পরেং লেংলসিনে লীচিং মান্নসিনে;
থম্মোয় লকানুংদা ঐখোয় পূল্লসিনে।
লাক্লোই তম্ন-লাইয়াম কিরোই নোংলৈ নুংশিৎ;
ধৰ্ম্ম বিধৰ্ম্মগী থারো ৱাখল নুংগী॥

ইম্ফাল, ১৯৮০ ইং

# লাউনে ঐগী ইতুং ইল্লোলাউ লাউনে

লাউনে ঐগী ইতুং ইল্লোলাউ লাউনে;
অরা-নুংঙাই পুন্সিদা নিংঙাই চাউবা লাউনে।।

মঙলৈবাক্তা চৎসি লোয়নদুনা ঐগা;
লৈচিল্লক্তা পাইসি খুৎশম্লনা নঙগা।
নঙগী করি রাৎলি ঐ লৈরি নাক্তা,
চাবা, শেৎপা, হিংবা ননীং থুংজদ্রবা,
চারোলাউ, শেৎলো লাউ, ননীং তম্লো লাউ।।

ঐদি মীত্রং হৈবনি মিংনা অঙকপা কৌবনি;
চূমথাং তরেৎ থোক্লিবা লমদমদুগী মপুনি।।

খোংজোমনুবী লৈকোন্দা শান্নজরো লাউ;
নিংথৌ তুরেল ঈশিংদা ইরুবিগে লাউ;
মশা পানবা শগোল তোংজররো লাউ।
চাবা, শেৎপা, হিংবা ননীং থুংজদ্রবা,
চারো লাউ, শেৎলো লাউ ননীং তম্লো লাউ।।

ইম্ফাল, ১৯৬৯ ইং

# পুন্সি ৱারী চেনাসিদা

পুন্সি ৱারী চেনাসিদা ইগদবা লোইশিল্লক্লে, করি লেমহৌরি!
মফমসিদা কেকু লোৎপী শান্নদৌবা লোইশিল্লক্লে, করি ৱাৎহৌরি।।

থৱায় য়াওনা লাকচবনি লৈজবা চেঙজেল পুরদুনা;
ঙাইহাক পনগে চঙলকপনি অনৌবা থৌনা লোয়নদুনা।
পুন্সি ঈশৈ লোইশিনখরে হনবা মতম ওইশিল্লক্লে, ঙসি হল্লগে।।

অৱা নুংঙাই থৌরী বান্দোং হাইরম্বসু তপথরক্লে;
চানবীরম্বা যূম্বরেনসু ঐবু লৈহন্নীংলক্তরে।
খঙই কুইনা লৈবা য়ারোই,
খঙনা খঙনা চৎনীংদ্রিবা-
মরম লৈতা পন্থনবা হোৎনরিবা অরেম্বনি।
য়াররোইনে য়াররোই।।

ইম্ফাল, ১৯৭০ ইং

# ঐবু পুরি কঙাওনবা হিনা

ঐবু পুরি কঙাওনবা হিনা
নোংপোক নোংচুপ খা ৱাং
খঙদে ঐ খঙদে॥

হোঞ্জিল্লোনে হি হোঞ্জিল্লোনে হি
কনাদনো হায়রুদৌবা!
খঙদে ঐ খঙদে॥

থৱায় হিরেন চৎনিংবদা চৎলু;
কায়নরবা তুংদা নঙ, ঐ কনানো!
ঐখোয় অনী করি মরী লৈনৈ;
খঙদে ঐ খঙদে॥

কপ্লিবসে কপ্প নত্তে, নোক্লিবসে নোকপা নত্তে;
নোকপা কপ্পা শিবা চঙবা-
মখোয়সিগা ঐগা, করি মরী লৈনৈ!
খঙদে ঐ খঙদে॥

ইম্ফাল, ১৯৭০ ইং

# শুমহৎলিনে থব্রায়সিবু

শুমহৎলিনে থব্রায়সিবু অসোমথংবা ব্রাংমনা;
লৈচিল্লনদি মল্লবা শকখণ্ডদবা লমদমনা।।

তুরেলসিসু ঈপাক্লি ঈপাকসিসু তরঙনি;
লানঙমদবা ঐহাক্লা ব্রাংমসিবু কল্লক্লি।।
কনানোনে কৌরিবা নুংওন্নিংঙাই মীকৌনা!
লাকচনীংই ঐহাকসু শকউদবা ব্রাংমদা।।

য়েন্নিং থানা লোইরবা নাকেন্থানা চঙলকপা,
অরাপ্পগী ঈশৈনা থাদোক্লপ্লো হায়রবা,
হিরানবনা ঙাইদুনা ইনাকসিদা লেপ্লবা,
মতমদুদা লাক্লেগে থব্রায়না তাবা লমদমদা।।

ইম্ফাল, ১৯৭০ ইং

# কৌরি ঐবু তাম্ন-তাম

কৌরি ঐবু তাম্ন-তাম
মপোক অমগী সুরনা !
শকউদবা নহাক্কী
খোয়থুন্নবা নখোঞ্জেন্না।।

লৈচিল নোংফাই মরক্তগী,
ৱাখল ফিজঙ ৱাংমদগী,
ঐবু কৌরি হন্না হন্না;
শুমহৎলবা নপাউখোন্না।
ঐগী থৱায় তপথদরে;
নঙগী য়াৱা মীকৌদা।।

কাউজরুরে হায়নখিবা;
অসুম্নবু কাউহনবোইরে।
নঙগী করি লীচৎনো!
থৱান মৈরা লীশীংগী,
মঙাল্লক্তা লোৎলিবা,
ঐগী থৱায় তপথদরে;
নঙগী য়াৱা মীকৌদা।।

ইম্ফাল, ১৯৭১ ইং

## কৎচরম্লে অরোইবা পিরাং

কৎচরম্লে অরোইবা পিরাং
মতম তুরেল খোঙনুংসিদা।
খেব্বাগী হি, পুবিরো ঐবু
তোর্ব্বান ৱাংমা য়ৌজরগে।।

থমজরম্লে থব্বায়গী থব্বায়
পামজবদা পীথোক্লম্লে।
শেমজরম্লে তুরেলগী কাওশীং
ঈচেলনুংদা শিন্নরম্লে ।
অসি য়ৌনা লাইবকথীরবী
তোর্ব্বান ৱাংমা য়ৌজরগে।।

মঙলানলমগী নুংশি মিতম,
থাশেৎননা খাইনরম্লে।
খোয়জিখাগী শনরীক পরেং,
পিখম্লনা কায়নরম্লে।
অসি য়ৌনা লাইবকথীরবী
তোর্ব্বান ৱাংমা য়ৌজরগে।।

ইম্ফাল, জনুৱারী ২১: ১৯৭১ ইং

## পুন্সিবু চম্না খঞ্জদে

পুন্সিবু চম্না খঞ্জদে;
মীরায়বসু তৌজদে।
কৃপ্লবা উফুল মরীকুম্বা,
থব্বায়গীসু মমল লৈরি।।

কনানা করি থৌশাদ্রবা,
মখোয়গীসু মরম লৈরি।
লৈয়োম্নুংগী লৈরিক্লসু,
খল্লি ঐসে লাইবক ফৈ।
মদুগীনি ঈশৈ অসে।।

নুংশিবীয়ু নুংশিবা হৈয়ু
মমল নাইদ্র' থব্বায়শিংবু।
লকানুংদা লোৎলিবনি
অরোনবা থম্মোয়গী ব্বা।
লৈয়োমনুংগী লৈরিক্লসু,
খল্লি ঐসে লাইবক ফৈ।
মদুগীনি ঈশৈ অসে।।

ইম্ফাল, ১৯৭১ ইং

# ঙসি অসি মফমসিদা

ঙসি অসি মফমসিদা,
শেম-শারে পম্বনবা।
মঙগী লৈবাক কয়া কোয়রুই;
ঙাইহাক ফাওবা পল্লক্তে॥

নীংশিংলকইনে ব্রা অমা,
মতম কুইরব'ই মমাঙগী।
পাউ পুবা লাকপনিনে ঐ;
কনাই মপাউ কনাদা ---
খঙলে- লৈরোম্নুংসিদা॥

অঙম্বা চীংগী লোক্লুংদগী,
পুন্সি মৈরা মঙালদগী,
হি মচা অমা তোংদুনা,
মফম অসে য়ৌজরক্লে।
হৌজিক অমুক কদায়দা -
খঙলে-লৈরোম্নুংসিদা॥

ইম্ফাল, ১৯৭১ ইং

## করি লৈবগেনে অদোম ব্রাংমদো

করি লৈবগেনে অদোম ব্রাংমদো!
শুমহৎ কৈথেলবু কারিবরা,
তায়নে হায়নপূন্বা অদোম ব্রাংমগী!
লৌনম পোৎপু য়োল্লিবরা ৷৷

ঐগী অব্রাবগী পোৎফম অমা,
ফমজরগে শীৎকদরা!
ঐগী নুংঙাইবগী লীলা অমা !
উৎচরগে য়াগদরা!
খুম্মু খুম্মুনে, হে অরোনবা ৷৷

নৌহোন তোয়না হোল্লগে হি
কয়াম লাপ্লি মফমদো !
অতিয়া মালেম অনীগী লম ,
নোংজাবীগী লৈবাক্তরা!
খুম্মু খুম্মুনে, হে অরোনবা ৷৷

ইম্ফাল, ১৯৭১ ইং

# ঐনা শিরগা ঐবু নীংশিংদুনা

ঐনা শিরগা ঐবু নীংশিংদুনা
শকপিরক্কনুনে অব্বাবা ঈশৈ;
অসিমত্তনি হায়জরম্মিংবা ।।

থাবিগনুনে লৈ অমত্তসু
শাবিগনুনে ফৃড়া অমত্তসু;
করি তৌরম্লে ঐনা মতীক চাবা ! ।।

ইবিগনুনে ব্রা অমত্তসু
খন্নবিনুনে করিমত্তসু;
করি তৌরম্লে ঐনা মতীক চাবা!

ইঙাগী নোং তারকসনু তানিংবা;
লমগী চেক্লা খোংলকসনু খোংনিংবা;
লৈত্রবনি তারুদৌবা!
মরুপ্নি খন্ন-হৌমিন্নখিবা,
নীংশিংবিরবসু করিগুম্বা
ব্রারৌজরোই কাউবিখ্র'সু।।

ইম্ফাল, ওক্তোবর ৯: ১৯৭২ ইং

## পুন্সি ঙকইকো নঙসে

পুন্সি-

ঙকইকো নঙসে খঙদেকো নঙসে;
করম্বা নঙগী লীপুন্না চেৎনা
পুন্সিবনোনে তাইবঙ মীওইবা
হায়যু, ঐখোয়সে নঙগী শান্নপোৎলা ! ।।

কপ্পি কনানা কনাগীদমক
নোক্লি কনানা করিগীদমক
অরেম্বনি খঙহন্দেনে, 'সিবু পুন্সিরা ! ।।

লাক্লি কৈদগী করি মরমগী,
হল্লি করিগী করি ৱাহৌগী
অশি-অচং থোঙ্গাল অনী, 'সিবু পুন্সিরা ।।

কল্লক মীহৌনৈ মিংচৎকীদমক,
খৎন-চৈনরি হিংবগীদমক;
শান্নবনি অঙাংগুম্মা, 'সিবু পুন্সিরা ।।

ইম্ফাল, ১৯৭৩ ইং

# ঐসে ঙসিসু লম্মুক্লরি

ঐসে ঙসিসু লম্মুক্লরি
ৱাহং পাউখুমদা ঈরাক্লরি ।।

করিনো হায়রম্বা ৱা ঙাংদনা,
খোইমুনা লৈরাংগী নাপ্পদা ?
করিগী য়েংলম্বা মীৎ উইশিন্না,
নোংইন্না থাজগী মায়থোংদা ?
ৱাহংগী চান্নবা পাউখুম থিবদা
হৌখরেনে অমম্বদা ।।

করিগী নোক্লম্বা মঙ-হাগুম্না ?
থম্মোয়সি ফাজিনবা ঙমখিদে।
করিনো ঙাংখিবা লোন থোক্তনা!
ইশানা ইশাবু শীংথাখি।
ঐনা পোক্লকপা মীকৃপ অদুদৈ
হৌখরেনে অমম্বদা ।।

ইম্ফাল, জুন ২৮: ১৯৭৩ ইং

# ঐনা করি ঈশৈ শকখিনি

ঐনা করি ঈশৈ শকখিনি
অমম-অঙান অনীগী'লক্তা ।।

সুর অমত্তং থিরুবদা
পূন্সি তংখাই হৌখরে;
শৈহেক অমত্তং শেন্নুবদা
পিরাং কয়া তাখরে।
করি শৈরোলনা কনাগী থম্মোয়
পেলহন্নবা শক্লসিগে ।।

নহা ওইহ্রিঙৈ মতম অদু অদুঙৈ,
মচু তরেৎকী চূমথাঙ লীক্লেংনা
ঐগী ঙক্ত শিরিঙৈ,
সুর অমত্তং ঙংবদা
লাংবন খোইমু মিতানঙৈ,
শকখি ঙংখি ঈশৈ কয়া;
মপোক থীর', ঈশৈ কয়া ।।

ইম্ফাল, ১৯৭৪ ইং

## লৈ শাৎলিবা মফমদুদা

লৈ শাৎলিবা মফমদুদা
পোখাহল্লোনে ঐবু।
হৈ পাল্লিবা হৈকোলদুদা
হিপথহল্লোনে ঐবু॥

লৈগী ব্রাহং খুমখিদবা
খুন্নগেনে অরোইবদা,
"অয়ুক্তনা শাৎপনি;
নুমিদাংব্রাইরম কেনবনি।
মীৎকি পিগা মোমোন মীনোক্কা
খুৎশম্নুনা লাকপনি;
ব্রারী অমা লীরম্নবা॥"

মহাও লৈবা হৈরাঙগী
ব্রাহং পাউখুম পীরল্লগে।
"পুন্সি ময়াই অঙকপনি;
ব্রারে খঙনা হিংনিংবনি।
ঙসি ঙসি হয়েং হয়েং
য়েথনীংবা মশিলনি;
ব্রাহে অমা হায়রম্নবা॥"

ইম্ফাল, মে ২০: ১৯৭৪ ইং

## পঙনা পাল্লি তাইবঙপানসে

পঙনা পাল্লি তাইবঙপানসে
অরেম্বদা চিংনরেনে-
চিংনরেনে থৱায় অসে।।

খঙনা খঙনা খঙনদরে,
উনা উনা উনদরে;
ইপঙ পঙথরে মীওইবা
মায়া লাংনা কৃপখরেনে।
অরেম্বনি খঙনদরে।।

অপেনববু কৈদনো-
পেন্নদরে খজিক্লা।
ঙমখৈ নাইদা অতিয়াগুম
পেনবগী ঙমখৈ লৈখিদরে।
ইপঙ পঙথরে মীওইবা
মায়া লাংনা কৃপখরেনে।
অরেম্বনি খঙনদরে।।

ইম্ফাল, ১৯৭৫ ইং

## ঐবু ঙসি শাংলো হায়'নু

ঐবু ঙসি শাংলো হায়'নু
লৈমন চনবা কিজে।।

য়েংউনেসে লৈরাং কেল্লি
উফুল্লক্তা চোইনা তারি!
কপখিবদাই লীক্লানসু-
নোংঙাল্লমদাই মঙলান্দা।।

নশক খঙদে নরোল খঙদে;
মালং নপাউ থম্মোয় হূদে।
কনা খোইমু খ্বাংজেংবগী,
লৌনম য়াব্রা মপাউখোন্নো।।

তাইবং লৈকোল নুংশিবদা
ঙাইহাক পূঙ্গোয় পল্লমখিগে।
ঐসু নোংমা ফংবা শোয়রোই
পামজদ্রবা পোলোই অদো।।

ইম্ফাল, ফেব্রু ২৪: ১৯৭৬ ইং

## ঐগী মঙলান হিরেনগী হিরোয়

ঐগী মঙলান হিরেনগী হিরোয়,
হোল্লু হি হোল্লু অসোম ঋাংমদা।
শকউ ঈশৈ তাইবং ঋাংমগী ;
লেংউ শৈরেং নৌর 'য়ুক্কী।
তাইবং য়ূমসে থাদোক্লসি-
নতুং ইনবী ওইজরগে।।

নঙগী নৌরেল তাম্থা চান
সুর অমা মদোম লাক্লি;
মপোক লাঙোন অম'ই সুর-
ঐগী থম্মোয় শুমহৎলরি ।।

ঋাহং অমা ইদোম হংলি,-
নঙবু কনানো, কৈদা লৈবনো;
ঐগা নঙগা করম খঙনৈ
নঙবু করি শুমহৎয়াইনো ?।।

ইম্ফাল, ১৯৭৬ ইং

# চূমথাঙ মচু তরেৎনা

চূমথাঙ মচু তরেৎনা
কোয়শিল্লিবা পুন্সি,
নঙগী পম্খে ৱাংমদা
করি লৈরি অনৌবা ।।

ঐবু য়ূমসু কাউরেনে,
লম্বীদুসু মাঙখরে।
মরুপ মপাং মফমদুগী
শকফম 'মত্তা নীংশিংদ্রে-
ঐবু করি মতৌনো ! ।।

তাইবং কৈথেলগী মহাও
ময়ায় কল্লি হকমল্লি।
থক্নে লোইনা, থক্নে পেন্না
পুন্সি খোইহী মীনম্বা,
করি অমুক লৈরিবা ! ।।

বনারস, জুলাই ২০: ১৯৭৭ ইং

# ঙসি ঐ চৎলন্নগে

ঙসি ঐ চৎলন্নগে
শাৎহৌখোনে ৱাকচীং গুলাব।।

নাকেন্থাদা কয়া ৱাখি
নোংজুথাদা কয়া কপখি।
পিসু তাবা লৈরক্তরে
পুন্সি নোংজু লোইরমাল্লে !
অৱাং উল্লেন হনখিবদা
ঐসু মতুং ইঞ্জরগে।।

'সুম্মা ইখি ৱারী অমা
'সুম্মা চৎখি কনা অমা।
"লৈরাং অমা শাৎলম্বনি;
মতম কৌবা লৈকোন্দুদা।
লৈনম চেন্দে লৎনবীনু;
ঙসি ঐহাক কেল্লবনি।।"

ইম্ফাল, জানুৱারী ১: ১৯৮০ ইং

# কপখিবগী মমলসু ফংখিদরে

কপখিবগী মমলসু ফংখিদরে;
নোকখিবগী মহয়সু চাখিদরে।
পুন্সি, নঙনা ঐবু লক্লরম্বা
হৌজিক্তি ননীং থুংলবরা ! ।।

লৈ শাৎলম্বদা নোকচরুরে
লৈ কেনখিবদা কপচরুরে।
অব্রা-নুংঙাই লীপুল্লক্তা
অমম-অঙান কাউথোক্লুরে।
পুন্সি, নতম্বাক্তা হিংজরকপ'ই
ঐহাক করি ফংলবগে ! ।।

মৈরী ওইবা নঙোন্দা
তাইবং থব্রায় চিংশিন্নরি ।
মৈরানবীগী পুন্সিনি
উৎ ওইনা মাঙখিগনি।
পুন্সি, নহাক হায়য়ু, য়ানিংবরা
নঙসে অমম্বগী মপৈনি ।।

ইম্ফাল,জুলাই ২৫: ১৯৮০ ইং

# চীংনুংগী হারি খোংলক্লে তাও

পারী,

চীংনুংগী হারি খোংলক্লে তাও
উথুম্না তুম তুম তাম্বারি তাও!
তাউবা হূইসু খোংলক্লে তাও!
তানা তানা সনা মতূম,
খোল্লেন তূমখুল তাল্লো।।

খোংজোমনুবী তরুক্না মপাম লমদম য়েংলি;
লোইবী চীংলৈবাক্তগী পোইরৈ তম্পাক উরি।
নওনা হয়েং চাউরগা পম্বৌগী খোঙ্গুল লীয়ুকো;
ইমাগী নীংবা থুংগে।।

পারী নাব্রা অপিশক য়াব্রা খোঞ্জেল তল্লো;
নুংশিবা নচীনবান্দুনা 'ইমা' হায়না কৌরো।
ইচানা 'ইমা' কৌরগা অব্রা কোঙ্গায় কাউগেকো;
ইমাগী সনা মতূম।।

ইম্ফাল, ১৯৭৩ ইং

# কাউরুরবা ঈশৈ নীংশিংদুনা

কাউরুরবা ঈশৈ নীংশিংদুনা
তূমিন তূমিন ঙংজরুই;
হরাও হরাও শকচরুই ।।

অরাবা রাহৈ য়াওদে
নুংঙাইবা শৈরেং নত্তে;
চল্লবা পুন্সি ঈশৈনি ।।

নুঙ্গাইরক্কী ঈচেলনা
করি ঈশৈ শক্লিবা !
অরাপ্পগী চীংশাংনা
করি খোল্লাং য়ৈরিবা
চল্লবা য়ারানি, খুঙ্গংগী রারীনি !
অদুগুম্বা ঈশৈনি ।।

*ইম্ফাল, ১৯৬৯*

## য়াইফ থোইবা ওইয়ু ঐগী হে লমলানবা

য়াইফ থোইবা ওইয়ু ঐগী হে লমলানবা;
লোন্না নওবু থৌগৎচরি।
শোঞ্জবনা ঐসে ওইরে মীওমদবী;
মাইয়োক্লবা ওমজদরে।।

মওলান্নিনে মওলান ঐবু ঙাওহল্লম্বা;
নহাক্লিনে নহাক ঐবু শুমহৎঙম্বা।
অশোনবসি খঙনা তোয়না লক্লবীরি;
মদু ঐগী পেঞ্জবনি।।

লম্বীসিদা নঙনা তোয়ন-তোয়না চৎলৈ;
লোৎচদুনা ঐনা চেপথ-চেপথ য়েংজৈ।
চাউথোকচরি ঐনা ইশা ইতোমতবু;
মসে নঙগী নঙালননি।।

*ইম্ফাল, জুলাই ১৯৭০*

# নঙগী শক্তম য়েক্লি চেদা

নঙগী শক্তম য়েক্লি চেদা;
নুংশিবা কৌবা মচুনা।
নঙগী ঝারী ইরি চেদা;
পামজবা কৌবা ময়েক্লা।।

মৈরানবীনা মৈরীবু
'সুক্কী মতীক নুংশিজৈ।
শিবা চঙবা কিদনা
'সুক্কী মতীক খোয়দাজৈ।
নঙ-ঐ মৈরী মৈরানবী
ঐ করিসু চিংনদে।।

লৈ ওইনা শাৎলি নঙনা
মরম অমা লৈরিবনি;
খোইমু ওইনা পাইরি ঐনা
মরম অমা লৈরিবনি।
অমম-অঙান অন্না-নুংঙাই
ঐ করিসু চিংনদে।।

*তমেংলোং নবেম্বর ২৮, ১৯৭০*

## নীংশিংবিয়ু ঐবু নোংমতা ওইর'সু

নীংশিংবিয়ু ঐবু নোংমতা ওইর'সু;
তোল্লবী নুজানি নিংঙমহৌদ্রবীনি।
ঝারৌবিনু ঐবু লঙজখি হায়দুনা;
চল্লবী নুজানি লাইবক থীরবীনি॥

ঝাহে কয়া হায়জখি, কাউবিরে খঙজরে
পাউজেল কয়া চেঞ্জখি, লৎনবি তাজরে
চীনবান থোংগী ঝাহে মীরায়বিরবসু
লৈকাদা ইদুনা থমজরমগে॥

তমজখি, লীজখি, থম্মোয়নুংগী ঝা;
ফোঙদোকখি, হায়দোকখি, লকানুংগী ঝা।
হায়জরুবা, লীজরুবা,
থৌদুনুঙদা ঈশিং চাইরুবোই;
মালংদা তেনবু তম্লুবোই॥

*ইম্ফাল, ১৯৭০*

## ঐগী ঈশৈগী সুরবু

ঐগী ঈশৈগী সুরবু
নঙনা থবায় হাপ্লিরে।
'সিনা থোইনা পেঞ্জরে॥

ঈকংথাগী তুরেন্দা
নঙনা ঈচেল ওইবীররে;
ঐগী মপোক মহয় য়াল্লে।
'সিনা থোইনা পেঞ্জরে।

লৈরাংনা শাংলি ফূগায়না;
অরোনবা থম্মোয় নুংদা থম্না।
তাইবঙ পূক্লিং পেলহন্না,
নুংশিবা লৈনম য়েল্লদুনা॥

থৌজাল, থৌজাল ওইবা!
নঙগী মেঙল' খুংশোক্লুনা,
শোকপীরম্বা মীকূপ্তুদা,
ফংলবনি মপোক অদো;
নুংশিবা কৌবা মহয় অদো॥

*ইম্ফাল, জুলাই ২, ১৯৭১ ইং*

## লৎনবিনু লৎনবিনু

লৎনবিনু লৎনবিনু ৱাহৈ অসিমত্তংদি।
পাউখুম্বীয়ু পাউখুম্বিয়ু ৱাহং অসিমত্তদি।।

শক্তুবসু ঈশৈ থম্মোয় নাপ্পনা তারিবা
উদ্রবসু মাইথোং থম্মোয় মীৎনা উরি।
অৱা নুংঙাই অপুম্বা নঙোন্দবু শিন্নরিবা
'সিবু করি লৌনমনোনে, লৌনমনোনো।।

ঙাংদ্রবসু চীন্না থম্মোয়নদি তোয়না ঙাংলি
তামখ্রবসু পোইরৈ ইনাক্তবু লৈরি খল্লি।
নহাক্তবু লাইনীং ওইনা ৱাফম কয়া শাগৎলিবা
'সিবু করি লৌনমনোনে লৌনমনোনে।।

*ইম্ফাল, মে ৬, ১৯৭১ ইং*

## মাঙ্ঙ'ই মকানা তাম্বনে

ইতা,

মাঙ্ঙ'ই মকানা তাম্বনে,
লোইবী চীংনা ব্রাংবনে,
খুঞ্জা লৈপাল ওইবীদি,
লেপ্ল-লেপ্ল কংলেদো।।

থম্মোয়নদি ব্রাংলে
লাইবক্লদি নেম,
থম্মোয় তাশোন্ন' পাল্লে;
পলেম পম্থৌ কিজবনা।
ফোংনা কপসি কপঙমদনা,
নুংদম মৈচাক ফুম্বদি-
মৈবু ফিনা কৃপকুল্লে।।

চেংলৌনদি উদা
মপাউখোনসু তাদা!
নুরা পায়মা পোত্থাদে
পম্থৌ মাঙ্গোল খেঞ্জোংলাংগী,
শামবা, থাংজি উখোক্কেন্দা,
ঙারদুনা লেপ্পদি
উখোক্কেন্দা মতুল্লে।।

*ইম্ফাল, ১৯৭১ ইং*

# নঙসু ঐগী ৱাখন্দা

নঙসু ঐগী ৱাখন্দা
থম্মোয় শোকপা লৈবননি,
শাউদে ঐ শাউদে
কৌরক-য়েংলক্ত্রবসু।।

য়েংশিন্নদ' মীৎয়েংদুগী
চৈনাখোন্দি ফাওররে।
কৌরক্ত্রবা চীনবান্দুগী
মমিদুদি তাররে।
অসুম হায়না লক্লবা
করি মশান্না কৌবগে! ।।

মঙলান কয়া মঙনরি
নঙসু ঐসু মাসু।
লম্বী কয়া চৎনরি
নঙসু ঐসু মাসু।
করিগুম্বা লম্মুক্লবা
হৌনশানি হৌনশা।।

*ইম্ফাল, ১৯৭১ ইং*

# কৎচরম্লে অরোইবা পিরাং

কৎচরম্লে অরোইবা পিরাং
মতম তুরেল খোঙনুংসিদা।
খেব্রাগী হি, পুবিরো ঐবু
তোর্ব্বান ব্রাংমা য়ৌজরগে।।

থমজরম্লে থব্রায়গী থব্রায়
পামজবদা পীথোক্লম্লে
শেমজরম্লে তুরেলগী কাওশীং
ঈচেলনুংদা শিন্নরম্লে।
অসি য়ৌনা লাইবকথীরবী
তোর্ব্বান ব্রাংমা য়ৌজরগে।।

মঙলানলমগী নুংশি মিতম,
থাশেৎননা খাইনরম্লে।
খোয়জিখাগী শনরীক পরেং,
শিখম্লনা কায়নরম্লে।
অসি য়ৌনা লাইবকথীরবী
তোর্ব্বান ব্রাংমা য়ৌজরগে।।

ইম্ফাল জুলাই ২,১৯৭১ ইং

## লৈনা নোং ওইনা চুরবা

লৈনা নোং ওইনা চুরবা
লম্বীদুদা নঙনা চংখি।
থব্রায়সিনা করিগুম্বা
নামিববু ওইরম্লবা,
কয়াদা পেঞ্জরমগবা ! ॥

হিথাংফমদা হি অমা
হোন্ননবা শেম-শারে।
নঙনা পায়বা পুন্সি নৌ-
নৌরেন্দুবু ওইরম্লবা
কয়াদা পেঞ্জরমগবা ! ॥

শংবান 'তিয়া মকোয়দা
শান্নররি লমগী চেক্লা।
নঙগী নোংদম' 'তিয়াদা
পোম্বী ওইনা পাইরজরবা,
কয়াদা পেঞ্জরমগবা ॥

ইম্ফাল মে ৫, ১৯৭২ ইং

# নওদি অয়েকপা শক্তম্মি

নওদি অয়েকপা শক্তম্মি নুংশি খঙবা হৌনদে;
নুঙগী মূর্তিনি থম্মোয় পান্দবীনি।
হায়য়ুনে, হায়য়ুনে উপাল, হায়য়ুনে
চেক্লা কনা নশাথক্ত তোংলম্বা
মিনুংশি খঙবা উৎলম্বরা ! ॥

অসুক ব্রাজবনি থাজ মাগী নোংইন;
থাজ মঙাল শামখ্রগা করি ওইহৌনি নোংইন!
নুংশিবা খঙমন্দে য়ুমগী পোন্বী
লমগী চেক্লাগী অব্রাবা উবীদে,
করি ওইররে, ওইররে ! ॥

হায়য়ুনে, হায়য়ুনে তুরেল, হায়য়ুনে
থব্রায় কনা ঈখৌ লাংবা কোকখিবা
মিনুংশি খঙবা উৎলম্বরা !
মঙলানবু করিগী থাজরুই থম্মোয়,
মঙলান্নিনে নুংশিবা খঙনা খঙনা মিতারুই;
নুঙগী শক্তম থম্মোয় পান্দে-
চারুরে হূ নুংশিবগী
করি ওইররে, ওইররে ॥

ইম্ফাল, ১৯৭২ ইং

## পোম্বী চেক্লা অনীনা

পোকমিন্নরগা লৈগী জাত্তা
শাৎমিন্নজগে লৈখোক অমত্তদা;
পোকমিন্নরগা উচেক্কী মপোক্তা
তোংমিন্নজগে উশা খূদিংদা ॥

হো- হো -
পোম্বী চেক্লা অনীনা উশাথক্তা তোংলিয়ে;
পাঙ্গল শোনবী উরীনা নাক্কী উপালদা য়েৎলিয়ে।
লৈপুন্নিনে, লৈচন্নিনে, মহৌশা কৌবীগী খুৎশেম্নিনে ॥
হো- হো-
নুজা মীৎচি মীৎয়েংনা লাঙ্গোয় চল্লে থম্মোয়সে;
নুংশি ঈখৌ লাংলিবা নোঙ্গৌবীনি ঐহাকসে।
শন্নাংনিনে, মায়থোংনিনে, নুংশিবা কৌবগী শাইওন্নিনে॥

ইম্ফাল - ১৯৭২ ইং

*(ফুট নোট :- মকোক্কী পরেং মরি অসি ডা: কমলগী 'মাধবী'দগী লৌথোকচবনি মসিনা অহৌবা পরেং ওইরগা শকপা ঈশৈনি)*

# ঐগী নুংশিবসু নঙনি

নুপা - ঐগী নুংশিবসু নঙনি;
নুপী - ঐগী পুন্সিসু নঙনি।
পা - মঙলাল্লক্তা তাউরিবা লৈচিলদুসু নঙনি;
পী - লৈচিল্লক্তা লোৎলিবা নোংথাংদুসু নঙনি।
পা - হংলিবা ৱাহংসু নঙনি;
পী - পাউখুমসু নঙনি।।

পা - মৈরীলক্তা ঙাওরিবা মৈরানবীনি ঐদি;
থম্মোয়সিবু মৈচাক পীবা মৈঙান্দুনি নঙদি।
পী - মৈচাক, থাজনিংঙাই করি লৈরি, করি লৈরি মৈচাক
তারক্লগা নোংদোল লীক্লা ঈংখিগনি মৈচাক।
পা - নুমিৎ লৈনা কোরৌ মঙাল উদ্রবদি করম্মো,
পী - মঙালদুগী ৱাংমদা নুমিৎ লৈসু শাৎলুনি।।

পা - ঙাওজরিয়ে লৈচিল শংলেন অতিয়াদা;
নুংশিবগী লৈ-পরেং হুকচিঞ্জরে চীংদোন।
পী - লীপুন, থাজনিংঙাই করি লৈরি, করি লৈরি লীপুন;
মমল নাইবা নুংশিবা মন্তিক্লবা য়াবনি।
পা - মহৌশাগী লীপুন্না পুল্লিবনি তাইবঙপাল;
ওইররোইনে মপোকসিগী অশেংবা নুংশিবা।
পা - চীংয়া তময়া অপূন্বা হানৌতনা নীংথিরে;
শঞ্জেন্নহা'ই ঈশৈদা তময়া মালহৌনরক্লে।
পী - সুর, থাজনিংঙাই করি লৈরি করি লৈরি সুর-
ফোংদোক্ক'সু মালংপান্দা লৈরসনু অরোনবদা।
পা - থৱায় ওইবা সুর নঙনা থৱায় পীনবীররো।
পী - মঙলানসিগী ৱাংমদা পীরুরগে সুর।।

ইম্ফাল - ১৯৭২ ইং

## থব্রায়গী মবেম্মা

| | | |
|---|---|---|
| নুপা | - | থব্রায়গী মবেম্মা, নুংশি নোংদম ওইবী,<br>নহাকপু পামুজে, নুংশিজেনে। |
| নুপী | - | নপাউখোন্দি নুংশি, নরমচত্তি চিংনৈ। |
| পী | - | মীগী মচা ওইবা, লোইয়ুম্ব ও নঙবু,<br>লাংবনগী নোংহৌগুম হৌরকপরা ? |
| পা | - | অশেংবনি থাজৌ, অরেপ্পনি নীংজৌ ॥ |
| পা | - | নুজাগী নাপ্পদা ঙানবা চিগোংলৈ নাচোম,<br>নাচোম্মক্তবু ওইনা লৈজরগেনে ঐনা;<br>চীংজাওগুম, পামেলগুম লেঙজরোই। |
| পী | - | হোয়নে, - নব্রাহৈদি মেঙই, নরমচত্তি চিংনৈ॥ |
| পী | - | খ্বাংজেংবা খোইমুদি তমগী মপূকচেল লেপ্তে;<br>লৈরাংমক্তবু ওইবী নৌজরিবীদি ঐনি;<br>লৈনম্মা য়েক্লবা ওইরেনে। |
| পা | - | আ: লৈনম লাংনা ফারে, পাইথোকসিগে করম॥ |
| পা | - | নোংমদোনথক্কী থাজ খঞ্জরুই ঐগীনি;<br>থাজমক্তবু ওইবী নুংশিরবী ইবেম্মা<br>নঙান্না থম্মোয়দা ঙাল্লরো। |
| পী | - | হোয়নে, নপাউখোন্দি নুংশি, নরমচত্তি চিংনৈ॥ |
| পী | - | অরেপ্পা পূক্নিংগী ব্রাবু খঙজদে ঐদি,<br>পঞ্চিরমদাইবু য়ৌর' থাদোকপিগেবু খল্ল',<br>ননাওদি পুক্নিগী মাঙজরে। |
| পা | - | ও! হোংলরোইনে থম্মোয়<br>শক্লবনি ব্রাশক॥ |

ইম্ফাল - ১৯৭৩ ইং

## নঙনা হায়খিবা ৱাহৈগী মরম

নঙনা হায়খিবা ৱাহৈগী মরম,
হংলেনে ঐনা লৈকোল লৈরাংদা।
নঙনা য়েংখিবা মীৎয়েংগী মরম,
হংলেনে ঐনা অয়ুক্কী মঙালদা।।

নঙগী চীনবান লৌনম হৈবনি;
হায়নৈনে মীৎয়েংদি ময়াই কাবনি।
নুংশিবা কৌবা হূ অদুবু,
মহাও হাপ্লিবা খোইরুম মীনোক্নি।
হংলেনে ঐনা লৈপাম্বা খোইমুদা।।

মেঙলবা ৱাহৈ তত্তনা তানীংই;
মৈরীদা মৈরানবী চোংশিঞ্জনীংই।
অসুম তৌবনি নুংশিবা হায়বদো;
থুংনবা কায়নবা লম্বী অনীনি।
হংলেনে ঐনা থাজগী নোংইন্দা ।।

ইম্ফাল - ১৯৭৩ ইং

## ওইবিয়ু নঙনা চেক্লা নোংইন

নুপা - ওইবিয়ু নঙনা চেক্লা নোংইন;
নুপী - নঙনা নুংশি থামিল।
নুপা - নুংশি মালং ইপোল্লক্তা
তোয়না পাইয়ু পাইয়ু;
চেক্লা শাখপ তোয়না,
নুংশি নতৌ উৎনা,
লৈনা জগোয় শারম্মু।
নুপী - থাবলগী ইপোল্লক্তা,
নুংশিবা রাগদা,
শকচগে ঈশৈ।
জগোয় শান্না শান্না ঐদি;
ঙাওজগে থাজ নঙান্দা॥

নুপা - নোংইন নঙদি থব্রায় চেক্লানি;
থাজ ঐগী চান্নরোইনি।
নুপী - থাজ শক্তন্নাংদা ফারবীদি চেক্লানি;
তাইবঙ ব্রাখল থারে।
থব্রায় থানি হায়বা চিংনদরে॥

ইম্ফাল, ১৯৭৩ ইং

## থাদোকপিনুকো নতুং ইঙুরিবীনি

নুপী - থাদোকপিনুকো নতুং ইঙুরিবীনি;
লাউ লাউখুজেং পায়োইনরীবরো লাউ।
নুপা - থাদোক্লরোইকো নঙবু মপোককসিমগী;
লাউ লাউ পুন্সি লম্বী চংমিন্নসি লাউ॥

নুপী - থবায়সিসু নঙগীনি, হকচাংসিসু নঙগীনি;
লাইবকথীবী ঐগী নহাক্লীনে নোংদম্বা।
চংলসি কৈদনো-
লাউ লাউ মৈশা লাংলক্লেনে লাউ॥

নুপা - থারবসু থবায়, থাদোক্লরোই নঙবু;
লাইবকথীবী নঙগী লেপ্পনিনে ননাক্তা।
পোত্থাফম উপালনি-
লাউ লাউ মৈশা লাংলরিনি লাউ॥
নুপী - মঙলানসিসু নঙগীনি, তাইবঙসিসু নঙগীনি;
পঙজববী নুজাগী নহাক্লিনে লমজিংবা।
পুবিযু কৈদনো-
লাউ লাউ লম্বী লমজিংলোনে লাউ॥

নুপা - কল্লক-যেক্লা মৈবীনা লাঙ্গোয চল্লম্লবীও,
মিপাইববী শজিগুম তথক্লবম্লবীও!
চিংনবা থাদোক্লো;
লাউ লাউ নুংশি মায়কৈ পাংসি লাউ॥

ইম্ফাল, ১৯৭৩ ইং

# ঐগী য়ুম অসে হাঙহৌরে

ঐগী য়ুম অসে হাঙহৌরে
নঙবু লাকও নঙবু লাকও।
ঐগী মঙ অসে কায়হৌরে;
ঐগী থৱায় নরানয়াইদা হল্লকখোনে।।

অসিরনে নুংশিবা, মীৎকি পিবু তাহনবা !
অসিরনে নুংঙাইবা, থম্মোয় হীক্লা কপহনবা !
অসিরনে নুংশি লৈপুল;
পুন্সি লৈপুল মীৎলু ঈরা ! ।।

মসিগীরা ব্রারুবা, ব্রাখল চাংজৌ লাল্লুবা !
মসিগীরা হোল্লুবা, লৈপুল হিরেন তোংলুবা !
অহিংসিগী ঈংল' থাবল,
মৈরী ওল্লে মৈশা লাংলে।।

ইম্ফাল, ১৯৭৩ ইং

# তানীংদে ওকচরে, লৌনম্বা খোইমু ও!

নুপী - তানীংদে ওকচরে, লৌনম্বা খোইমু ও!
ঙংলনু নাপ্পদা চীরোন তৌরনু।
নুপা - লৈরাংগী লৈনমদা লীরকপা খোঙ্গুলনি;
লৈরাংগী খোইমুনি খোইমুগী লৈরাংনি॥

নুপা - খোইমুদি লৈরাংগীনি;
লৈকাদা ঙংলবা মহৌশানি।
নুপী - হুম, অসুম তৌনা কেমহল্লি লৈরাং কয়া,
পোল্লিঙৈদা মাঙহনবীরে লৈরাং পুক্সিবু।
নুপী - লা .......লা ........ লা ....... খঙজরে
খঙজরে, তাজরে খোইমুগী লীচৎ;
লৈকা খূদিংগী ঙংলম্বা উজরে।
কিজরে পেঞ্জরে খোইরাবা শাজৎ
লৈরাং কয়ানা তেংথাবা তাজরে॥

নুপা - খল্লুনু, তারুনু মীনা ঙাংনবা;
ঐসে নঙগীনি নঙতবু শঙজবা।
খৌরাংলে শিংঙেলগী অরেপ্পা পূকচেল;
শাৎলরো লৈরাং পূক্লিং লৈকোন্দা।
নুপী - ঙমজরোই ঙমজরোই, নৌরিবী লৈরাংনি;
চিংনজৈ শাৎচবা শকখঙদা লৈকোন্দা॥

ইম্ফাল, ১৯৭৩ ইং

## লাইবক অসুক থীগনি

লাইবক অসুক থীগনি,
খলহৌদেদা পঙহৌইদা!
মীচাবোক্তি মশুংলাংগী,
ওইরে পাম্মু শেংনরবী।
খলহৌদেদা পঙহৌইদা!।

নুজা লাইমন ওইরেনে;
কায়না মৈশা লাংলেনে।
নাপ্পগী নাচোম কংলেনে;
নুংশি য়ান্না তাদ্রেনে।
হো....হো....হো....
ঐদি করি ওইরসিগে;
খলহৌদেদা পঙহৌইদা!॥

নুজা মীৎযেংবু থৎলিবা-
লোইবী চীংজাও নঙবু হন্দোকউ।
পাউজেল হৈবা চেক্লাচাদি,
উশাই লাবা নঙবু পাউদম্মো।
হো....হো....হো....
মাঙ্‌ই মায়কৈ তামহৌবে;
খলহৌদেদা পঙহৌইদা!॥

ইম্ফাল, ১৯৭৪ ইং

## পি শিন্থরগতব

পি শিন্থরগতবু অব্রাবা কৌরবদি,
ইঙা থাদা নোং চুরি-
লৈচিলনা অব্রাবা খণ্ডবরা!
ঐদি কপ্তে, অদুনা ব্রাদে খল্লবরা? ।।

লৈ অমগী পুক্সিদা অমুক্তসু,
কায়না মৈশা লাংখিদরা?
অরোনবা পিরাং, অফোংবা পিরাং
অনীগী মান্নবা লৈত্রবরা-
লৈত্রবদি,
থব্রায পাল্লুবগী অরেম্বনি।।

পি তাদবা মীৎলুদা নোংমত্তসু,
অব্রাবা মমি তাখিদবা?
অবোনবা মৈচাক অফোংবা মৈচাক্,
অনীগী মান্নবা লৈত্রবরা-
লৈত্রবদি
নুংশিবা খণ্ডলুবগী অরেম্বনি।।

ইম্ফাল, জুলাই ১৭, ১৯৭৪ ইং

# মাঙ্গ নওবু তাবরা

নুপী - মাঙ্গ নওবু তাবরা হায়য়ু-
নুজা থম্মোয় পাউদমসে।
নুপা - থম্মোই পাউদম তারিয়ে শানৌ;
লোইবী চীংনা থিংওমদে।।

নুপা - য়াব্রা খোঞ্জেল মমী শান্নবসু ,
থম্মোয়দদি খোম্থাং য়ৈররি।
নুপী - উজনীংবা চেংলৌ উদ্রবসু,
থম্মোয়দদি শক্তম মুত্তরি।
পা - পী - নওগী ঐগী পুন্সি ব্রারী,
থম্মোয়নুংদা থম্নসি, লোৎনসি।।

নুপী - খারী লৌবুক য়েংলুই নওতা মউই;
লোইজীং লোইয়া য়েংলুই নওতা মউই।
করি মতৌনো, নুজা লাইমন পুরেদো!
নুপা - তৃপ্লে তৃম্না নওবু মওদা মউই;
চৎলে চৎনা নওবু মীত্তা মউই।
করি মতৌনো, পাখং থম্মোয় কায়রেদো !
পা-পী - পুন্সি লৈপুল ওইমিন্নসি-
ব্রাশক পন্দোল লোম্নসি।।

ইম্ফাল, ফেব্রু: ৬, ইং ১৯৭৫

## হায়নবদাই নুমিৎলৈদি নুমিত্তা ওনশিল্লি

নুপা - হায়নবদাই নুমিৎলৈদি নুমিত্তা ওনশিল্লি
ঐদি নঙগী নুমিৎনীনে করিগী লৈথোক্লি !

নুপী - খঙলে খঙজরে কোরৌ শাবা ইবুংঙো;
অতিয়া মকোয়দা লৈচিলনা শীনবা থুংখ্রগা
নুমিৎলৈনা নুমিৎকী করম মায়কৈ লেপসিবা !

নুপা - করিগী চিংনরি করিগী খল্লি-
থাজগা নোংইনগা লেমলৈগা লাইজগা
নঙগা ঐগা..... হায়নবদাই..... ॥

নুপী - নোংইনগী থাজনি থরোদি করম খাঙলিনি-
অসুম্না তৌবোইরে নুপাগী শাজৎ
মায়, মায়, মায় তঞ্জরে।

নুপা - নত্তে, নত্তে থাজতগী করি মরালনো
ইয়ায় ঙানবী থরোদদি চরাং য়েত্তরা!
নোংদোল লৈচিল, হায়দোক্লো
নুমিৎলৈবু নোকহল্লো।

নুপী - নোকচরগে শাৎচরগে কোরৌ মঙালদা-
নুমিৎলৈগী নুমিৎ ওইনা ঙানবিরো পুন্সিগী॥

ইম্ফাল, জুন ১২, ১৯৭৫ ইং

# নুংশি কাইহৌবী নঙবুনে

নুপা - নুংশি কাইহৌবী নঙবুনে
পাখং মোংফম্নু ওইরেনে;
লোইবী চীংদা শাৎপী লৈ-
শিরোই লিলীমক্তসু
পায়মা লিংজেল অসুক খাদে;
লৈরাং হাকমল্লি।।

নুপী - লৈপাম্বা নঙবু খঙজরে
নুংশি চীরোল তৌরনু;
নুংশি নতাৎ লাংনবু
ঐবু ফাবিরগনু।
মপোক লাংঙোন খুদিংমক্তা
লৈরাং কপহন্নু।।

নুপা - লৌনম হৈবী হায়গে
চীংলৈবাক্কী উথম্বাল।
ওইন চাউবী কৌগে
তিংখং পানবী কেতকী।
লৈনম তাহল্লে ,থম্মোয় হূবিরে
লৈরাং হকমল্লি।।

নুপী - লোইবী চীংদা হৌরসু
পামেলথক্তা শাৎচবী,
তাইবং শউম কিবনা
মোংশোংলক্তা লোৎচবী,
লোৎলে খঙনা, কিরে খঙনা
লাকচথিববা।।

ইম্ফাল, জুন ৭, ১৯৭৭ ইং

## ঐবু অমুক্তা কৌরম্মু

ঐবু অমুক্তা কৌরম্মু
কৌনীংদ্রবা নচীন্না।
করম লেল্লি হংলম্মু
মরুপ ওইব'ই হৌনশা।।

অশোকপা থম্মোয় পুদুনা
হনখিবদি চুম্বরা !
হঙ্গোইরে হায়বা উত্তুনা
চৎখিবদি চুম্বরা !
তাইবং লৈরাং করিনো-
কেনখিবনা মশিলনি।।

লৈঙোইদা খোঙ্গুল তাখিবা
নোংমা শোয়দনা মূৎখিনি।
থম্মোয়দা চৈনা তৃংশিনবা
লিংজেল হাক্লা খামল্লি।
পুক্সি লৈরাং ইঙৌল্লে
নোংলৈ নুংশিৎ ঙাইবনি।।

বরানসি, জুলাই ১৯, ইং ১৯৭৭

# নুংশি চরোং চূম্বী

| | | |
|---|---|---|
| নুপা | - | নুরা ইনেম মচা পাখং থব্বায় ওইরিবী ! |
| নুপী | - | শাবী ইমান মচা নুজা পুন্সি ওইরিবা ! |
| - | - | - - - - |
| নুপা | - | নুংশি চরোং চূম্বী মীগী মচা ওইরিবী, |
| | | লোইদাম করি নোংদা শিংঙেল নাচোম ওইনবু |
| | | পাখং নাপ্লা ঙাল্লনি। |
| নুপী | - | নুংশি চরোং চূম্বা শাবী থংলেন পাম্মুবা, |
| | | কোরৌ করি নোংদা তলা পামেল নরুমদা |
| | | শাইদাংজবা ফংলনি। |
| নুপা | - | হো..........হো......... হো..... |
| নুপী | - | হো..........হো......... হো..... |
| নুপী | - | তাইবঙ ঈপাক লাল্লে লানসি মাঞ্জ নতুং ইঞ্জরগে; |
| | | য়াংদৌ লম্মখাঙদবু হুন্দোকপিনু ননাওবু। |
| নুপা | - | নুজা নুংশি ইরেন য়াইদা লেপ্লে ওইনা হিংজরিবা, |
| | | লাইজ ঈকংলক্লবসু থাদোকপিনু পাখংবু। |
| নুপী | - | খারী লৌবুক লাল্লে লানসি চেক্লা নতুং ইঞ্জরগে; |
| নুপা | - | নোংদোল কোরৌ অহাঙবদা চাক্তাফম্বু থিরুসি। |
| পা-পী | - | থব্বায় মিরেন অনীনি নুংশি খোঙবু নঙ ঐনি; |
| | | পাইমিন্নসি তূফাংননা লৈচিল্লক্কী মঙলৈবাক্তা।। |

ইম্ফাল, ১৯৭৭ ইং

## ইতা, মাঙ্গ কাদা চৎলনি

ইতা, মাঙ্গ কাদা চৎলনি;
ঐদি মাঙ্গ কাদা চৎলনি।
ইতা উরীরে, ইতা তখেল্লে,
নখোয় ঐবু ব্বারৌনু
লৈহৌরো চৎলগে॥

পুল্লেনা নাপু শাবা কাল
ইংঙা ইঙেল শিন্নবা কাল
লৈরাং ওইবী ঐগী পুন্সি
পাম্মু নাক্তা শাৎচরগে-
হায়নবা, থানবা ব্বাংলেন লাক্লেদো॥

ইতাশা, নখোয়না
নতা ঐ শক্তুনা
পলেম মোংবা মরানয়াইদা লৈহৌখো।
পলেম ইমা লায়রবী,
ইদু নিংথৌ চাউদ্রিবা,
য়েংবিহৌ, কোনবিহৌ ঐদি চৎলগে॥

ইম্ফাল, ১৯৭৭ ইং

## নুজা নুংশি নুংঙোল লমদম

নুজা নুংশি নুংঙোল লমদম
পৃক্লিং ইরাং হৌনা লম
থম্মোয় ঐগী নুংঙোল্লে।।

লৌবুক লমহাং উপাল-ব্রাপাল
ইরাং ইপোম হৌরক্লে।
চীংয়া তময়া লোইজীং লোইয়া
ঙম্মা মরোল লোল্লক্লে
উনবী পৃক্লিং তপথদরে।।

লৈরাং থম্বাল শক্তম্নি;
থাজ তয়াল চেংলৌনি।
নুংশি শায়োন ওইবীনি;
পাখং ঐগী মঙলান্নি।
মঙলান নঙগী নরমসিদা
পাখং খোঙদোই হুঞ্জরক্নি।।

ইম্ফাল, ১৯৭৭ ইং

# চৎলসিনে ঐখোয় অনী

| | | |
|---|---|---|
| নুপা-নুপী | - | চৎলসিনে ঐখোয় অনী |
| | | তাইবঙ মালং ৱাংমদা। |
| নুপা | - | থৱায় হিরেল হোল্লসি |
| নুপী | - | পুন্সি ঈপাক লাল্লসি।। |
| নুপা | - | নুংশিবা থিরুই নীংবতা মকায় |
| | | পামজবা য়েংলুই পেন্দবতা ওই। |
| নুপা | - | শেম শারো, |
| নুপী | - | থৌরাংলো, |
| নুপা-নুপী | - | খণ্ডদবা মায়কৈ পাংলসি।। |
| নুপী | - | তাইবঙ লীপুন থারো |
| | | থৱায় চেক্লা পাইরো |
| নুপা | - | অমম্বা কৌবদি মায়াগী লাংলোন্নি। |
| নুপী | - | মঙাল মায়কৈ তন্নসি |
| | | তাম্ল' তোরৈ তুংইন্না। |
| নুপা | - | লৈহৌরসনু পুন্সি ইরল। |
| নুপা | - | শেম শারো, |
| নুপী | - | থৌরাংলো, |
| নুপা-নুপী | - | খণ্ডদবা মায়কৈ পাংলসি।। |

ইম্ফাল, সেপ্তে :২০, ১৯৭৮ ইং

## নঙবু লাক্নো ঐগী য়ুমদা

নঙবু লাক্নো ঐগী য়ুমদা
য়েন্নীংথাগী কোকিল ওইনা ॥

হৈনৌ মপাল হঙ্গাম মপাল
অরেম্বদা শাৎহনগনু।
থম্মোয় শৈরোল নুংশি ঈশৈ
অরেম্বদা শকহনগনু।
সুরনীনে নঙদি ঐগী
লোইনাইদ্রবা ঈশৈগী ॥

লীপুন অমা পুনবীরম্মী
থম্মোয় থম্মোয় অনী পূন্না।
কিশি অমা কিবীরম্মী
থৱায় থৱায় থানদনা।
খোঙলোয়নিনে নঙদি ঐগী
খৈনাইদ্রবা খোঙচৎকী ॥

ইম্ফাল, ফেব্রু: ১৯৭৯ ইং

# অতিয়াদা খল্লিবা

অতিয়াদা খল্লিবা চুমথাঙগী মচু লৌরগা
য়েক্লগেকো নুংশিবা শক্তম॥

নঙগী শল্লাং মুরবা শল্লাং-
নঙগী শল্লাং চোইজাইর' শল্লাং,
করিনবু য়েকসিবা -য়েক্লগে
থাসিগী অহিংগী অমম্বা মচুনা য়েক্লগে॥

নঙগী চীনবান-
খোইরুম মোমোন মীনোক চীনবান,
য়েক্লগে - অনৌবা নুমিৎকী
অয়ুক্কী ঙাঙ্গানবা মচুনা॥

চীনবান নাকচীদা শম্বু অমত্তং-
রাশি হাপ্পা শম্বু অমত্তং,
নম্লগে-
অরাপ্পা চীংশাংগী অহিংবা মচুনা নম্লগে--॥

ইম্ফাল, ১৯৮০ ইং

# চৎখিনু কৈদৌবগে

চৎখিনু কৈদৌবগে
থম্মোয় অসি পারে।
তুরেলনা কপহৌবা তারে
লৌবুক্না ঋাহৌবা তারে॥

চীংশাংগী পরেংলক্তা
নঙগী খোম্থাং য়ৈরি;
লৈচিলগী ফীজঙনুংদা
নঙগী মিরেল লোৎলি;
চৎখিবা তারবা নঙনা
পুখরো ময়ামসে লোইনা॥

উমংনা হংনি নঙবু
করি খুম্নি ঐনা !
ঈফুৎনা থিনি নঙবু
করম খাঙনি ঐনা !
লাপখিবা তারবা ইনাক্ত'ই
মমহল্লো ময়ামসে লোইনা॥

ইম্ফাল, ১৯৮১ ইং

# অপরাজীতা লৈখোংদা ঐদি

অপরাজীতা লৈখোংদা ঐদি
পুন্সি অসি কেমজরগে।
মানা লাক্লিবা ফাওবা
লৈবু ওন্দুনা লৈজরগে।।

থৱায়গী থৱায় ওইরিবা মানা
ৱারৌবিখ্রমাল্লে ঐবু।
পুন্সিগী পুন্সি পীরিবা মানা
মীরায়বিখ্রমাল্লে ঐবু!
অপরাজীতা লৈখোংদা ঙসি
মাগী খোঙ্গুল উজদরে।।

মহাক্না পামজবা অপরাজীতাগী
লৈখোংদা শঙদুনা লৈজরগে
শংবান্ন' মচুদা হকচাংসে লূপ্লগে
ইশাসে লৈকাদা তিঞ্জরগে,
ঐহাক্কী ইনাক্তা লাকপীদ্রবসু
লৈরাং মকাদা লাকখিবা যাই।।

ইম্ফাল, ১৪।৯।১৯৮২ ইং

## মপোক অসে ইঙেল্লেগবু চাংদম্নসিরা

মপোক অসে ইঙেল্লেগবু চাংদম্নসিরা
মৃৎশ্ববা থাউমৈগী দোশীগবু পান্দম্নসিরা !
করিবু ইসিগে পুন্সি চেনাদা
ময়েক্কা ঋাহৈগা কায়নরে।
করম্না তমসিগে ঐগী অৱাবা
চীনবানগা খোঞ্জেলগা খাইনরে।
নোংজুগী অহিং নোংঙান্দরে।
কাউখ্রবা ঈশৈগী সুরগবু
পাংখক্লসিরা ঐবু।।

ৱাখলগী চীংশাংনা থৎলে মীৎয়েংবু
মীৎয়েংগা পূক্লিংগা লৎনরে।
শাৎচরুই লৈরাং ওই ইঙেল থাজিন্দা
লৈনমগা লৈকাগা মৌনরে।
লাইবক্লা অসুম্না তম্বীরম্লে
কেনখ্রবা লৈগী লৈখোক্কবু
পাংখক্লসিরা ঐবু।।



## বি. জয়ন্তকুমার শৰ্ম্মা

ইং ১৯৩৫ জানুৱারী তাং ১৪ দা ব্রহ্মপুর নহাবম বাচস্পতি লৈরক, ইম্ফালদা পোকই। অপোকপগী মিং বি. অঙৌবা শৰ্ম্মা, অপোকপীগীনা নৌবী দেবী কৌই। মহৈগী থাক বি. এনি । অহানবদা খোয়াথোংদা লৈবা এদল্ট নাইট হায়স্কুলদা, মথংদা চুড়াচান্দ হায়স্কুলদা ওঝা ওইরম্মী। ইং ১৯৬১ জুলাই তাং ৯ দা ওল ইন্দিয়া রেডিও সার্ভিসতা চঙদুনা গৌহাটি, ইম্ফাল অমদি কোহিমা ষ্টেসন্দা থবক তৌরম্লগা এসিষ্টেন্ট ষ্টেসন ডিরেক্তর ওইনা কোহিমাদগী ইং ১৯৯১ আগষ্ট তাং ৩১ দা থবক্তগী পোথাই। রেডিওদা ড্রামা, ফিচর, ম্যুজিকেল ফিচর, ঈশৈ ময়েক ইদুনা অমদি পুথোক্তুনা কলাগী সেবা তৌরকই। **নোংদোল লীক্লা, জাতক্কী শৈরোল, মণিপুরগী থৌনা ফবা থৌনা ফবীশিং** নচিংবা লাইরিক ইদুনা ফোঙখ্রে। রূপরাগ, এম. ডি. ইউ, সঙ্গীত মন্ডল, কলচরেল ফোরম, রাইটর্স ফোরম. মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, অপূনবা মণিপুর মতম ঈশৈ কাঙলুপ, ওল মণিপুর ম্যুজিক এসোসিয়েসননচিংবগী মেম্বর ওইদুনা থৌদাং কয়াদা শরুক য়ারকই। সাহিত্য অকাদেমীগী মণিপুরী লোনগী এডভাইজরী বোর্ড অমদি মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী মেম্বর ওইরকই। মনা-মথুম্মচিংবা ফংখ্রে। হৌজিক হৌজিক কলা অমদি সংস্কৃতিদা থৱায় য়াওনা চঙশিল্লি।

## বি. জয়ন্তকুমার শৰ্ম্মগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং :

১। নোংদোন লীক্লা (ঈশৈ ময়েক্কী লাইরিক) ১৯৮১
২। লৈখল লৈচল (ঈশৈ ময়েক্কী লাইরিক -অতৈগা ফোঙমিন্নবা) ১৯৮৫
৩। জাতক্কী শৈরোল (জাতক্কী ৱারী শৈরেংদা ইথোকপা) ১৯৯২
৪। লৈবাক নীংবগী ঈশৈ অমসুং শৈরেং-সম্পাদন তৌবা (সাহিত্য অকাদেমিনা ফোঙবা) ১৯৯৯
৫। মণিপুরগী থৌনা ফবা/থৌনা ফবীশিং (পুন্সি ৱারী) এন বি টি না ফোঙবা-২০০২
৬। ফম্বাক লীলাগী আর্টিষ্টশিংগী শম্লপ্পা পুন্সি ৱারী (২০০৩)
৭। পুন্সি ঈশৈ শরু-শরা (ঈশৈ ময়েক্কী লাইরিক) ২০০৩
৮। ফুঙ্গা ৱারী শিংবুল (খোমজিনবা /শেমশাবা) সাহিত্য অকাদেমিনা ষ্ফাঙবা-২০০৩